



**EIGI WAKHAL**

A Collection of Manipuri poem

*Written by* : **Ulel Meetei**
Sagolban Tera Sapam Leirak
Imphal - 795 001

অহান্‌ব ফোঙ্‌ব ঃ *এপ্রিল' ৯৮*

অফোঙব ঃ *অইব মসান রাইটর্স ফোরম্‌, ইম্ফাল্‌গীদমক্‌ ফোঙ্‌ব*
কপী মশীং ঃ *১০০০*
ফংফম্‌ থোক্‌প ঃ *অইব*
মখুম্‌ য়েক্‌প ঃ *বিরেন্দ্রজিৎ নাওরেম্‌*
মমল্‌ ঃ *লুপা ৩০/-*



নম্বম ঃ লময়ানবা প্রিন্টর্স, কোনুং লম্পাক, ইম্ফাল।

# সেক্রেটরীগী ৱারোল

মণিপুরী সাহিত্যবু নুংশিজবা অইবা অইবী খরা পূনশিল্লগা শেমখিবা রাইটর্স ফোরম, ইম্ফালগী পান্দম অমা ওইনা লাইরিক কয়া লেপ্তুনা ফোঙলি। পান্দম অসিগী ৱাখল্লোন্দদি ঐখোয়গী অইবা অইবীশিংনা লাইরিক ফোঙনবা হোৎনবদা থেংনরিবা শেল-থুমগী অৱাবসিদগী খরদং ওইরবসু কন্দুনা লাইরিক ফোঙহনবনি। উলেল্ মীতৈ-না ইবা শৈরেংগী লাইরিক "ঐগী ৱাখল্" হায়না মিংথোনবা লাইরিক অসিনা ফোরমগী নিফুমাপল শুবা লাইরিক্নি। ফোরমগী পান্দম অসিমদি তশেংনা মায় পাক্রবনি।

ফোরমনা থমলিবা পান্দম অতৈদসু হেন্না খুমাঙ চাওশিন্নবা হোৎনদুনা ৱার্কশোপ কয়া পাঙথোকখ্রে, অতৈ কয়ামসু পাঙথোক্লবা হোৎনরি। পাঙথোকখ্রবা ৱার্কশোপশিংগী মহৈ ওইনা মণিপুরী সাহিত্য অমসুং সাইন্সকি টর্মিনোলোজিগী লাইরিকশিং পুথোক্লবা থৌরাঙ তৌরি। লোয়ন লোয়ননা মগুন লৈরবা মণিপুরী শৈরেংশিং অমদি ৱারীমচাশিং অতোপ্পা লোনশিংদা হন্দোক্লুনা লাইরিকশিং ফোঙদোক্লবগী থৌরাঙসু পায়খৎলি।

ফোরমনা ফোঙলিবা লাইরিকশিং শেন্দোং তানবগী ৱাখলদা ফোঙবা নত্তে মণিপুরী সাহিত্যগী অৱাৎপা কয়া মেনখৎনবগী পান্দম মখাদা ফোঙজবনি। হন্দক ফোঙজরিবা উলেল্ মীতৈ-গী লাইরিক অসিনা মণিপুরী শৈরেংগী পুক্নৈদা মশীং অমা হেনগৎহনবতা নৎতনা শৈরেংবা অমা নৌনা ফংজবগী নুংঙাইবা অদু ফোঙদোকচবগা লোয়ননা খ্বাইদগী ময়ামগী খুৎতা লাইরিক অসি শিন্নজরি।

**কৈশাম প্রিয়োকুমার**
*জেনেরেল সেক্রেটরী,*
*রাইটর্স ফোরম, ইম্ফাল*

**ইম্ফাল**
*২০ এপ্রিল, ১৯৯৮*

লোল্গী ফজব ৱাহৈ-ৱাতা ফন য়াম্ন লৈরবসু ঐগী ৱাখল্ পরীংদ (সৈরেং
ইবদ) ঐন ৱাহৈদ ভাওরুদে, ৱাখল্গী খুৎফোঙ্দোক্তা নত্তন। সৈরেংদ ৱাহৈগী, লাই
য়েক্পদ মচুগী, ফজব খন্ব চঙ্ই হায়। খঙ্লবসু ঐদী পুন্নান্ ৱাহৈন হেন্গাম্মি। মসিমদি
হংঙৈ : সৈরেং সৈরেংন ৱাহৈ ৱাহৈসু খোন্দুন চৎমিন্নব নৎতব্রা? ঐগী সৈরেংদ
কমল্গী অথোৎপ-অমেঙ্ব ৱাহৈ হাপ্চিল্লসি অদুগ ঐগী পুন্নান্ ৱাহৈন কমল্গীদ
থম্লসি (ৱাখল্ পরীং কায়হন্দবীদ) মদু য়াগদ্রা/য়ারোইদ্রা চাংয়েং তৌরুদে।

অইবন হায়রিবসিবু করিনো খন্বদ অপাবন কোক্ চীক্লগ অইবন মাগী সৈরেংদ
অরুব্বনি থাক্ ৱাংলবনি মপুক্লিংদ মোমোন্ নোক্পগুম্বদুদগী থৈদোক্চনীংই। ঐগীদি
খিন্দুনা থম্বদ করি হায়রিবনো খঙ্বীবদুনি।

লাইরিক্ অসি পুথোক্লবা হোৎনবদ সেল্গী মতেং পীনবিরিব ৱাইটর্স ফোরম্,
ইম্ফাল্ অমদি লাইরিক্ অসিবু নম্বগী থৌদাং য়াবিখিবা লম্‌য়ানব প্রিন্টর্স কোনুং
লম্পাক্, ইম্ফাল্ অনীবু তৌবীমল্ খঙ্বা উৎচরি।

ঙৌলেল্ মীতৈ

# য়েরুম্ য়োন্বী

নোক্ফেৎ তৌই

মৌ নহান য়েরুম্ লৈরবদন হনুবীদু

অদুগ অমুক্সু ঈকায়

মমান-মমান্নবী চন্দন থিন্বীসিং উরগ,

মপুক্লিংদদি হায়জব সাই

মীগী মপোৎ হূরান্ব নত্তে।

ফম্ন-ফম্ন নীংসিংলক্ই

হৌখ্রব মতম্গী ৱারী

লৈসারিংঙৈ নোংম অদুঙৈ

লাইমিং লৌদ্রিঙৈ

মথঙ্লেল্গ হোতেল্দ ওল্লেৎ চামিন্নবগী মতাঙ্ অম



মোমোন্ নোক্ই বাখল্ নুংঙাইবদগী
মীন উশ্রবা খন্বদগী
ফীজিন মচীন্ খুম্জিল্লি।
নুপী অমন হংই:
"কয়াগী কয়া তৌবগে য়েরুম্সিবু"?
নোক্লিংব খাঙ্লগ খুম্ই লূকথ-লূক্থন,
"লুপা মঙাগী অহুম্ তৌই"।
সক্খঙ্লপদগী পোৎলৈবী চঙ্লক্পীদুনা,
হাই হিংচাবী! নঙ্ ওইরে য়েরুম্ য়োল্লিবসিদি
অতোপ্পা ওইরবোই নীংলুরে ঐদী
করম্ তৌরি মেন্ম নঙ্দি? হংলক্ই।
নোক্লিংদন নোক্তুন খুম্ই য়েরুম্ য়োন্বীদু,
"হো ঈবেন্ম! য়েরুম্ য়োল্লগ লেল্লিবসিনি
লাইবক্কী চন্দন মীন উদনব
ফীজিন মরুম্ লুমহল্লিবসিনি" ❑

# অঙাওব

পাউজেল্ চেদ ফোঙ্নরকই,
"লাল্হৌব য়াওব অঙাওব অম সিরে"।
ঈচা সিরে হায়ব!
ঙরাংদ চক্ন ইকুদ তুম্হৌবদুবু,
কদায় য়েংগে ঐগী ঈচা সক্হেন্বদু!
ফোতো কাপ্লিঙে অসিবগী মনাক্তা মী চঙ্হন্দে
লৈমায়দ তারিব খুৎলাইদ খুৎন সোক্হন্দে।
"ঈচা থনম্মু" মমান লাউজব তাবীদন
পোষ্ট-মোরতেম্গী অসিবদু গাড়ীদ পুখি।
করি তৌব য়াওবগে
মফম্সিদ মী তিল্লিবসিবু?
লম্বী চৎপ অমন খঙ্নিংন হংবদ
নোক্ফেৎ তৌন অহল্ অম্ন খুম্ইঃ
"অঙাওব অম হাৎলল্লে
সরকারগী মাইয়োক্ত লৈবগী"। ❑

# মৈফূ পুব

কোক্ত মৈফূ পুব নুপা অমন
ঋা ঙাঙ্ন-ঙাঙ্ন চৎলি।
"মনিপুর ঐখোয়গী ঈরম্দম্নি
লোক্তাক্ মোইরাংদ লৈ
মোইরাং মনিপুরদ লৈব লম্ অমনি
লোক্তাক্কী ঈশিংদগী লৈমতাক্ত মৈ পুথোক্ই"।
পাৎপান্দ লৈপুং ফম্বসিংন সোন্নহৌই
মৈফূ পুবদু উবদ,
লোক্তাক্ ঈসিং কংলে
ঙা ফাব ঋাৎলে।
পাত্ত ঙা-থিবী হি-হোন্বীসিংন হংনরক্ই,
হো! খুঞ্জা ঈপা-ঈপল্খোয়
মৈফূ পুবন করি হায়রম্মী?? ❑

# মীগী মমল্

বেক্কতগী থোরক্পদ নুপী অম
হীক্ল-হীক্ল কপ্লম্বদগী তেংথারক্ই।
পূম্ঙৌ ফনেক্ সেৎলি
অমুব চন্দন্ থিল্লি
অঙৌব ইম্নফি ইল্লি
মীৎলু অনি পিরাংন থুম্হৎলি নুপীদু।
ফীগাওদ য়োম্দুন বেক্কতগী পুথোরক্প সেল্
খুবাম্ খুবাম্ পায়রগ হুন্দোক্ই;
ঈচাগী থৌরায়ন ওন্ব সেল, পাম্দে
ঈচা পীয়ু কদায়
মমানি ঐ
মীহাৎপ কনানো— পেল্লো
সেল্সি লৌরো লাউ।
থম্মোয় সোক্পতন সোর ফুন্গৎলবী
মচা কায়ন মৈচাক্ত রাজরবী নুপীদু
চোইজাইনন তারিব সেল্দ নেৎলগ চৎখি।
সেল্ সৎকে সেন্নরম্ব
মতাঙ্ চাব য়েংবদ কান্নদ্রব হুরান্বদুন
পূক্চেল্ চাউব সারগ
মনাক্ত লৈব মীদ তানব রা ঙাঙ্লকইঃ
হিংগদব কিরে মীসিংসি মীনুংসি পক্ত্রে
পূম্ওন্ ওল্লে ঙসিগী তাইবংপান্বসে
থৌরায়গী মমল্ সেন্ন লেপ্লে
লুপা 'লীসিং কুন মী অম হাৎপগী' পীরে। ❑

# প্লাষ্টিক্ খূন্ব

নাকন্দ য়ান্ব খাউ মপুক্ মেত্তুনা য়েংই
কিলো ফারদ্রা?
লম্বী-লমজাও খোংবান্-লুক্লাং খাক্তন
য়েংন-য়েংন থিদুনা চৎলি
প্লাষ্টিক্ খূন্বদু।
বিড়ী থক্প তোক্ই
হোক্লেন্গী মখাক্ থন্ন মূথৎলি।
ময়ুম্ নীংসিংবদ উরক্ই,
নুপী-অঙাঙ্ন কোম্বোংদ থোক্তুন
মাবু লাক্প্রা চেপ্থ-চেপ্থ য়েংবগুম,
রাখল্ লম্বী লম্খাংলক্ত ঈশ্বর খুরুম্ই
"হে! ঈশ্বর ঈবুংঙো
চোক্থহন্বীগনু ঐবু।
উপাল্ অমদ ঙারগ হুমাং হন্দোক্লিঙৈ
শ্রার্দ্ধ চৎনরুবগী তল্ ময়োম্ পায়নরক্পদ
মপুক্লিং তেক্খৎলি
হয়েংদি য়াহৌ ঙন্গে
প্লাষ্টিক্ খুল্লগে,
মথবায় নুংঙাইন্ নোক্ফেৎ তৌন চৎপদু
মী ঙাইরিব রিকসা থৌব অমনদি উহৌই।

# লাই খুরুম্ব

অঙাংসা! লাঙ্গনু লাই খুরুম্ব য়াদে।
চন্দন্ন লংত্রিক্ লং
চীন্দ মন্ত্র মুরুম্-মুরুম্ সোন্
হনুব লাই খুরুম্ই
নোংমগী হৌনবী।
ফিলম্ফেয়ার য়েংলি অঙাঙ্ সঙ্গু,
মসিন জিতেন্দ্রনি মসিন মাধুরীনি
ইংলিস ফিলম্গী সিন্ কোনরি য়াওরে
মপুবোক্ল লাঙ্গনু চৈব তাদে
কুমার সানু উরগ অমন ঈসৈ ঙংই
... ... ... ....
অঙাঙ্অম খোঞ্জেল্ হৌন নোক্ই
লাই খুরুম্লিব মপুবোক্পু মুন্ন য়েংলগ,
ঈসৈ সক্প ঈসৈ লেপ্পী
ফিলম্ফেয়ার য়েংলম্ব য়েংব তোক্ই,
কৈদৌরে নোক্ইদি তোম্ব নঙ্!
চৈজরক্কনি ঈপুবোক্ল।
নোক্লম্বদগী তোম্বন হায়রকই
মমান্নবা অমগী মনাকোংদ তুম্মিন্নঃ
চন্দন্ন চাবাক্ চাবাক্
ফৈজোম্-ফুরীৎন পূম্ঙৌ-ঙৌ
ঈপুবোক্সি সিনেমা য়েংলম্মী নহান্

ঈম্ফাল্গী হোল্দ -এ- থাব ইংলিস ফিলম্

থাজদব মতৌসিদ নোক্লিংলক্ইবা।

মথঙ্ মথঙ্ নাকোং নক্ল পাড়দম্লে

ঈপুবোক্ ইংলিস ফিলম্গী সিনেমা য়েংই

অঙাঙ্ পূম্লাং লাঙ্ই

হনুবন চৈরক্ই,

নপা থাঙ্খিদ্রিমচাসা! করিগী লাঙ্ইবনো?

ঈপুবোক্ল ইংলিস ফিলম্ য়েংবদো

লাউর-লাউরগ চেন্নখি অঙাঙ্সিং

নোক্ফেৎ তৌই হনুবদু

অমুক্ ফম্থৈ লাই খুরুম্ব। ❑

# মোইবুং খোংব

মপুবোক্ল চখোক্খিব তাঙ্গাদ
ফক্ত ফি থাই
অতুগা খুদৈন কোক্য়েৎ সেন্নগ য়েৎলি
মপুবোক্কী মোইবুং পুথোক্লগ
খুউ-খুদক্ কুন্ন ফম্দুন
মোইবুং খোংব তন্মী।
হঞ্জিন্ হঞ্জিন্ সোর কাম্বদ
মনপ্-মতীন্ তারক্ই
ৱাবদগী মমায় মমীৎ ঙাঙ্লক্ই।
ঈমুংদগী মমান লাউরক্ইঃ
করি তৌরি ঈবুংঙোমচা নঙ্
লাইরিক্ পারিব্রা? হা?
মীনম্ব ঙাঙ্ই অঙাঙ্
মৈফু মৈ মুত্তোরে কাম্বনি ঈমা!
নুমিৎ খুদিং তক্কুন নান্দুন থম্ব মোইবুং
মমাদু পাখৎলি মচান সান্নরম্ব উবদ
মকুবোক্ল খঙ্খিগনি ৱায়।
খুবাক্ল থাই
লম্ হেল্লে খন্বদগী মচাবু ৱারক্ই
নপুবোক্ল চৈগনি পুথোক্কনু মোইবুংসি
সান্নপোৎ নত্তে মসি অঙাঙ্গী।
মোইবুং খোংনীংই পুপুদৌন ঐসু ঈমা
মোইবুং খোংব চৎলুব খুদিং
অচাপোৎ লৈরক্ই পুপুদি
খোংব হৈরবদি য়ীন সেল্ পী হায়। ❑

# ষ্টিক্ নো বিল্

ভোৎকী চে থেৎপ লাক্এ ঈমা!

তেলঙ্গা পাইনব পীরম্মী ঐগীদি-তো!

হরাউ হরাউ পাউদম্জব অঙাঙ্মচাদু ফূবী

খঙ্হৌদন সাউরবী মমান।

হন্ন য়েংদন কপ্লিব অঙাঙ্

খোঞ্জেল্ য়াক্ল কৌই,

লাইরিক্ পারিব্রা ঈবুংঙোহল্ নঙবু?

থোরক্উ লাউ কোম্বোং থিংলো

ভোৎকী চে থেৎপ লাক্এ তারব্রা??

"ষ্টিক্ নো বিল্"

চেবাং অমদ ই

খূদোম্বীন মূক্ফুদ লূপ্লগ মচা ঈবুংঙোহন্ন

ঈমা'! সাইন্ বোঁদ থেৎলে ঐন কোম্বোংদ

চে নপ্প য়াদে খঙ্নব।

মমাদু নোক্ফেৎ তৌই

ফূখিব অঙাঙ্দু পোম্রা য়েংই। ❑

# কৈদৌরুগনি সরতিফিকেৎন

মসা নান্ব পাখঙ্-লৈসাবী সঙ্গু সঙ্গু
থবক্ থি
ইম্প্লোইমেন্ত এক্চেঞ্জগী নোতিস বোর্দত
সরতিফিকেৎ ফাক্তুন তম্লুব মহৈগ চানব।
লম্বীদ উই-
থেলা গাড়ী চিংব,
খোঙ্উপ্ সেম্ব,
সম, কক্প,
ঈসিং হোন্ব,
কোয়ন চক্তুন পোৎ-হাব,
ফিসু-ফিজাম্ব,
লীসিং লীসিংন খূজিং ওইন থবক্ সূব মী
অদুব্ লাইরিক্ হৈবগী নাপন্দ
মখায় সিকী তান্ববু থবক্লা খন্নে।
চাক্ চখোম্ অমগী মখুৎ লোন্নরম্বসিংন
খোঙগ্রাই চল্লগ ফম্বদ মপুক্ নান্বদু
য়েংনিংদ্রে হৌজিক্তি লাইরিক্ হৈবসিংন
ৱাখল্ লাক্লে মখোয়;
কুচু থোক্ত্রব
মী-মান্দ্রব
মতম্ অমগী নহারোল্
হৌখিব পুন্সিগী নীংঙম্দ্রে
পি সীন্থগনু য়াদ্রে
পলেম্গী খোল্লাং লমন্ সিংনিংলে
সরতিফিকেৎন কৈদৌরুগনি খল্লে
ঈমা! ঈমা! কৌনরক্লে। ❑

# নিংথৌগী চাক্কৌব

নিংথৌ ওইবগী হরাওদুন নিংথৌন চাক্ কৌই
মাগী লৈপাক্ মীয়াম্বু
নিংথৌ সনা কোনুংদ।
খুঙ্গং খুঙ্গং চঙ্দুন
লৈকায় লৈকায় ফাওদুন
সগোল্ পাউ চেন্দুন বার্ত্তা কৎলি।
ফদি ফারান য়োম্ব মীওই
তোল্ল-তারব চাক্লি-ফিনিব কয়ান
চাক্কী পাউ ঙাইদুন
লা পায়রগ ফম্ব উবদ
সন্থোঙ্ ঙাক্প থোঙ্ঙাক্পদু মোমোন্ নোক্ই
মপুক্লিংদ খল্লি,
ঐখোয়গী নিংথৌসি নিংথৌ ওইবত ঙায়রি
সেল্ফ্ মখুম্ হাংলে।
লা-ন লা-রৈ কোল্লগ
নিংথৌগী পাউজেন্নি হায়রদুন
চাক্কী পাউ কনানো অমন পী
"চাক্ লোইরে চাক্ চাব য়ারে"।
হঙ্গৎন য়েংনরক্ই
লাউরিবসি কনানো?
ফল্লম্বদগী হৌগৎনখি তপ্ন তপ্ন
নিংথৌগী চাক্কৌব য়াওদন
চাক্পাউ পীবসি নিংথৌ নত্তে
ফম্নাইবসু নত্তে
মসিদি সকখঙদে। ❑

# অসিবগী পাউখোং ফোঙলো

য়েনফৈ চীক্লগ চাব নুপা অমন হায়
ঐদি সাসু চায়
পাঙ্গল্-কন্‌বনিন কনাসু কিদে
করিসু নাচুংদে,
খুন্‌সিদ ঐন নিংথৌ ওইফম্ থোক্‌ই।
য়েন্‌ফৈ চীক্‌পন চীক্‌প
সা চাবন চাব কয়া অম থোরক্‌ই
ঐন ওইনি ঐন ওইনি নিংথৌদি।
অমগী ব্রা অমন তাদে লাঙ্‌ই
সক্‌ওং-সাবান্ ফজে হায়নব
পাম্বোম মুক্‌ই
নীংগ্রী তাখৎলি
মসা ফব ঊৎন-ঊৎন
থাঙ্‌জৌন লৈই চিংদুন লম্ খোপ্নরকই।
মীচঙ্ খোম্নদুন নাক্‌পাক্ নাক্‌পাক্ তানৈ
মুক্লা সান্নরকম্বদগী খৎনৈ
মমৈদ অকন্‌বসিং হাৎনৈ
অসুম্ তম্‌থিরক্কুন মীন-সা-ওল্লক্‌ই।
মখূৎ থাঙ্গৎলগ খৎনব খাম্বসিংন লাউইং
কাঙ্‌লূপ্ নাইন হাৎন-সুনরিব থম্মোয় কন্‌বসা
চল্লব নুপী-অঙাঙগী অসিব হক্‌চাংন
পাউখোং চল্লিবসি ফোঙ্‌লো লাউ। ❑

# সায়োক্‌সঙ্গী কৈ

হক্‌চাং চন্‌ব মিংসেন্দ মসক্‌ য়েংজবদ
নৌন নাপল্‌ তৌই মথৌনা মপাঙ্গল্‌গী
কুইরবগী তুংদ
কৈ হনুব অম।
হুরু-হুরু লৈ-ন-লৈ-ন মিংসেন্‌ য়েংবদ
সৎ-সৎ লেক্‌ই মরৈন মসাপূম্ব
খ্বাইন কিনব কুচুনিকো হায়নসু খল্লি
মচু লাংহল্লিব অকিব সক্রোন্‌গী ঈশ্বরবু থাগৎলি।
ম-য়া অ-চৌবদু খিগৎপদ
সদুম্‌ ফক্লুগ চাবগী মহাও কাউদে
সা তান্নবদ চেঞ্জরম্ব মখোঙ্‌ খোঙ্‌জাউ মরীদ
অথৌব খুজীন্‌ পাম্বদু
থৌহন্নিংই হেন্ন অমুক্কসু।
অদুঙৈগী ৱাখন্দ তাউদুন মিংসেন্‌ য়েংলিঙৈ
মচিঞ্জাক্‌ লাম্বগী খোংলক্‌ই মপুক্‌
চোক্‌থরদুন লেপ্প গুম্নক্কে
লেক্‌থরক্‌ই মমিৎ তন্দন্‌ পাইন।
হৌজিক্তি,
মহাক্‌ কপ্পিংলক্লে
মপুক্লিং নুংসিরে
উইরুম্‌ উইরুম্‌ তৌন
মঙক্‌ সাংদোক্লুনা কূল্লিঙৈ
নীংসিংলকই
উতোন্দ উচেরু ঈসৈ সক্‌প তাবদ;
সায়োকসঙ্গী সানিকো কৈ-ঐসে। ❑

# মীতোপ্ খন্দোক্প

কোহোংদ থেৎলি
ইংখোল্ মপুগী য়াথং চে
"মীতোপ্ লৈব য়াদে"।
মচাসিংন মপাবু থাগৎলি
অচুম্ব খোঙ্থাং লৌখৎপগী
মপুক্লিংদ ফাওনৈ
তৌদব য়াদব তঙাইফদবনি।
মচাসিং থবক্ সূই
হীক্লোম্ হীক্লোম্ তৌব সম্বল্
ক্রক্-ক্রক্ লাক্সিন্দুন পুল্লি
য়েন্গাইদগী পায়ান।
মীতোপ্ খন্দোক্পা অমদি মীতোপ্ চঙ দনব
থবক্ মৈ মুব হৌরক্ঙৈ
অমসু অমসু উনরক্ই
সঙ্গোইদ খাজিল্লগ সাইদাংদুন
চেগাইদ তল হৌরগ চরা নোংখন্নরিব
মতৈ-মনাউ অনি।
চে-কলম্ পায়ব
মীকোক্ থীবগী মী মমিং ইব
কলম্ চীক্তুন খঞ্জানরিঙৈ
শ্রু-শ্রু নৈসিন্দুন ব্না হায় অমন,
মীকোক্ থীবদ হাপ্সি
মখোয় অনিগী মমিংসি
পাবুংগী মীনি মখোয়সি
মীতোপ্পি খন্দোক্প তৌনুসি। ❑

# ঙায়োক্ চফূগী ঙা

তাইবং মীওইবন
মখূৎন হূম্জিন্গদবগী ঙাইরি হায়বসি
ঙায়োক্ চফূ মনুংগী ঙানদি খঙ্দে
ঙমুসু, ঙাক্রাসু, উকাবীসু,
চাউব তান্নে অমন অমদগী
চ্রোক্ -চা-চ্রোক্ -চা ঈরোম্নুংদ মোংই
ঙা মখল্ মান্নদব মখোয়-মসেন্
মথৌনা ফবসু উৎনৈ।
সঙ্গোম্ পাম্দব সাব
ঙা চাদব মান্ব
ফুঙ্গাদ কূন্ব হৌদোং মতীন্ চোই
ঙাহিং মনম্গী খোঙ্গুল্ লীনিংদুন
অচীন্-অকোম্ য়েংব হৌই ঈমুংগী।
হৌদোংন মপুক্লিংদ হায়জে,
"উচি লৈত্রিবসি ঐ কিবদগীনি"
চাব ফংদ্রবসু উচিগী মহাও কাউদবন
লৈনিংদে নুংবংনন
মতাৎ তৌই
মমীৎ পৈরপ্ল য়েংই
মনাকোংন ঙায়োক্ চফূদ থম্
চাউব্রা পীক্প্রা-ঙা-খঙ্নীংদুন
মতু পোম্লিন্নরগ হঙ্গৎ-হন্দা চৎলি
অদুবু, মপান্গী তাইবংপান্ খঙ্দব ঙানদি
চফূ মনুংদ নুংঙাই খন্ন হিংলি। ❑




# ঐন ব্রাখল্ লাক্পদ

ঐন উই,
নুংঙাইথোক্ল লেন্‌ব মীওই কয়া অম
অদুগ মীৎহৎথোঙ্‌দগী য়েংবদ অমুক্
চীংলোন্ লান্ন পাইব লৈচিল্ উই
ব্রাখল্ খল্লি,
মফি য়াওদব পাখঙ্-লৈসাবীসিংগী জগোই
ঈসৈসু সক্‌প
সক্তুম্ মখল্ সাগৎলি।
লেপ্তব ব্রাখল্‌গী ঈচেল্লক্ত
চীন্দ তাইবং মপুগী মিংখৈ সোল্লি
পুক্লিং ফাগ্গজনব হোৎনৈ
অদুবু তয়াং-তসোই
পাউজেল্ চেদ হাৎন-সুনবগী পাউ থেংনবদ
পুন্সিসি সাংখিগদ্রা?সাংলোইদ্রা??
ঐগী খুবাক্ ময়ি মমি সেংলক্তে
মীৎ মসেন্-মরাংই।
কদায়দ লৈরুবনো খঙ্‌লুদে ঐসে
অকিবন কোয়সিল্লক্‌প মীৎকুপ্ত
হুমাং অনপ্পী কাংলম্মী
ঈমীৎ ভ্রোং-ভ্রোং ওন্‌খৎলম্মী
তাবিরিবরো? তাবিরিবরো?
কৌদুন লৈরম্মী মথাব্রায় ব্রারবী নুপীন
ঐন ব্রাখল্ লাক্‌প মতম্‌দ। ❑



# গ্যাস বোল্

লৈপাক্কী অচৌ-অসাংসিংন
অরুব ৱাফম্ খন্নরিব মীতিন্ মফম্ মনাক্ত
অঙাঙসিংন সান্নে
গ্যাস বোল্দ লং কিরগ পাইহন্বীগী মসান্ন।
হূই, হৌদোং, ওক্, ক্বাক্,
মখল্-মখল্দ য়েক্পা লাই
পরেং সান য়াম্থে গ্যাস বোল্গী লংদ
ময়ান লং চীক্লগ
অদুগ খুবাক্ খুই
ৱাংব তান্নবগী নুংঙাইরদুন।
অঙাঙ্গী সান্নকম্দ
অম চঙ্লক্, অনি চঙলক্, অহুম্ চঙ্লক্
মচাই মচাই তারক্ই
মীতিন্ মফম্গী মীসিং
কোয়সিল্লগ য়েংই
গ্যাস বোল্ পাইবী সান্নরিব অঙাঙ্সিং।
ৱা ঙাঙ্ব তোক্লুন
প্লেতফোম্দগী কুম্থরগ
লৈ পরেংন য়োম্লব মচীন্ তোঙ্বদু
মাগী ফম্ফমদ্ চঙ্খি। ❑

# অসিব সল্

সল্ অম
উরোক্ থোংদ মখোঙ্ চপ্পুন সিব উবদ
খুঙ্গা খরন হায়নৈ
লৈরম্লিবা মাইওন্দগী খঙ্ই
সল্সি উরোক্ থোং লাপ্লক্পনি
মতাই য়ৌরক্পদ মখোঙ্ চপ্পনি
মদুন সল্ সিবনি।
হোতেলদ চা থক্লম্ব নুপা অমন ঙাঙ্ই,
হূইন মনম্ নম্হল্লবদি
খঙ্গদব মাল্লি অসেংব অমদি
সল্সিন সিরম্লিবসিগী মরম্।
ঙাঙ্নরিব ৱা খন্নরিব ৱাখল্ মতাদুদ
মমীৎ চোৎপ হুনুব অম
মসু মখূৎ সন্নগ পুখিবদ
মসু লক্লব সাদুন ৱা ঙাঙ্লম্মী
ঈবুংঙোমচা! নঙ্বু নীংসিংলিব্রা?
সন্ন উরোক্ থোং লান্ব
নঙগী লাইরিক্ত য়াওবদু?
মখুৎ চুবা সৌরগ ফম্লিব সল্বু
তঙক্-তঙক্-য়েংহৌই
মসু মপূ চৎখিবদু। ❑

# হূই লৈ

নোংঙান্‌বদগী নুমিৎ তাবফাওব
অয়েক্‌প হূইজাও অম কোম্বোংদ থেৎলি।
অউবন খঙ্গে,
য়ুম্‌সিদ য়াম্ন সাথিব হূই লৈব মাল্লি।
সেল্ পীসিন্‌খিবদি কুইরব
থবক্তি লৈখাই তাদ্রিব
মচাগী খন্‌বদা বাজরবী হনুবী অম
অয়েক্‌প হূই থেৎপ কোম্বোংদ লেপ্লী।
কোম্বোংদি লোল্লি
মীখোল্‌সু তাদে
কোম্বোং হাংব ঙাইবদ হনুবীদু বায়
ফীজিদগী বিড়ী মৈ চল্লগ থক্‌ই
খ্বাংচেৎ লাক্‌প ফিন ফিদা ওই
চৈসুন লৈপাক্তা তক্‌-তক্ য়ৈ
হনুবী বাখল্ খল্লি–
কনানো অমত্ত লাক্লবদি ফগনিদা
অমুক্ত সোল্লি,
মখোয়গী কোম্বোং হাংখিদ্রেদা?
নুপা অম লাক্‌ই
কোম্বোংগী কোলিং বেল্‌গী সুইচ নম্‌ই
খবর থনল্লগ চৎখি।

হনুবীন হংহৌই,

খবর পুব ঈবুংঙো খঙ্ব্র নঙ্বু

সাহেবখোয়গী হুইদু থৌব্র য়াম্না?

নুপাদুন খুম্নম্ই,

হুই খোংব তাদে ঈমা!

লৈ হায়বসু খঙ্দে ঐদি। ❑

# মনুংঙাই অম

মংফম্দ থান্ব মৈরাগী মঙান্দ

য়ু ঙাওব অমন খল্লি।

মৈ থাল্লে লম্বীসি ঙসি

মম্দ্রে মৈঙাল্ উরে,

মহাক্ হরাওই।

মখোঙ্ কারন্ চন্ন তুসিন্বদ নুং থেংনৈ

অপাইব ৱাখল্ লাক্ই,

নুং লৈরে

লম্বী সেম্গদৌরে

ঈসৈ মতেক্ মতেক্ ঙংই

ময়ুম্ য়ৌন লাক্পদ।

মাঙোন্দ মপুরোইব ঙাইজরম্বী নুপী

ৱা ঙাঙ্দে;

মাগী নুপা হল্লক্পগী নুংঙাইরবসু

পোত্থাফম্ খঙ্দে

লাল্তেন্ মৈরী লৈখৎলগ ঈমুংদ চঙ্খি। ❑

# য়ূম্লোন্নবদ মৈ ঙাল্লি

ঐগী মোম্বত্তীসে ঙান্দ্রা ঈমা?

মাঙ্গোল্দ মোম্বত্তী থাল্লী,

সীৎলিব নুংসিৎপু মথূৎন খঞ্জিঞ্জরদুন

চাক্হল্লি মোম্বত্তী

অদুগ, লৈ-ন-লৈ-ন য়েংই

ফক্লাংদ থেৎপ লাই অমদি

সুমাং ময়াদ হৌব লৈ

মোম্বত্তীগী মৈঙান্দ উব মফম্ খুদিং।

মপুক্লিংদ ফাওই

"ঐগী মোম্বত্তীন মঙাল্ পী",

মৈ থাল্লে খন্ন হরাওজরিব মচাবু

নুংঙাইন য়েংই

চীন্বান্দ মোমোন্ নোক্চরদুন মমান।

খুদোম্বী তাংমুক্ত ঙায়রব তেম্পিল্লব মোম্বত্তী

মসান মসাদ ঙাথজগদবগী তৌরি

সৌদোক্লব মহীন মখোঙ্দ হৈথজরি

তুরোই-ঙাল্লোই হাইরক্পদ মৈরীদু

পাখত্তুন লাউরকই মচাদুন;

"করিনো অম তৌরে ঈমা ঐগী মোম্বত্তীসে!

ঈমা! ঈমা! মোম্বত্তী মূৎখ্রে"।

পুম্মম্ মল্লে

অদুবু, য়ূম্লোন্নবদদি মৈ ঙাল্লি। ❑

# লৈ পায়দুন চৎকে

ঈমাগীদমক্ ঙসিদি
লৈ চবুল্-চবুল্-পুদুন লাক্লবনি
লৈরাংগ পাংখক্ কোলোয়নরদুন
ঈমাবু নীংসিংনরি।
লৈসি- লৈথোন্গী ৱারী লীজবদ
তাবীব্রা খঙ্দে নঙ্দি
কপ্পসু-কপ্ত নোক্পসু নোক্ত
মীৎফম্ হোংদন য়েংব অমদ য়েংদুন
মাঙ্গোল্ উখোংতেন্দ ঙাদুন লৈববু
নচা লাক্কদব ৱাৎলিব্রা ঈমা নঙ্গী?
ঙাইরিব্রা মদুগী?
নৎত্রগন, ঈমা নঙবু সাউরিব্রা??
ঙসিদি কোক্ চুম্সিন্নরদুন
পারী-পুরীগী খোঙ্গুল্ লীদুন লাক্পদ
পুয়াগী লাতম্ হাইদোক্লুই
ঈপা-ঈপুগী ৱারী থেংনরুই
পি সীন্থদব লৈনরক্ত্রবসিদ
ঈমা! ঈমা! কৌনরক্লবসিদ
ঈমাদি ৱা ঙাঙ্দে
নুং য়ুংবগুম্ লৈ
নঙবু নীংব লৈত্রবোই খল্লব্রা?
করিনো অম তৌরে তেংবান্বসি ঈমা!
নুংসিনদবগী মৈহুম্ন চুনরে
লৈ পায়দুন চৎকে ঈমা!
মালেম্সি থুংন কোয়রগ মফম্ খূদিং
মীনুংসি সন্দোক্কে
নঙবু কাউদে ঈমা!! ❑

# দষ্ট বিন্

মচোংপাক্ নাইদব সহর মচা য়াওবদগী
লম্বী ময়াদ খিন্‌ব দষ্ট বিন্‌গী মমায়দ
"ঐবু সীজিন্নবীয়ু" হায়ন ই।
অমোৎ-অকায় হাপ্প দষ্ট বিন্
মেরা থৌরীন কিসিল্লগ অঙাঙ্‌শিংন
সহরগী লম্বীদ চিংদুন পুই।
লন্‌হন্‌গদব নত্তে
মতৎ-মতৎ তাহৌব দষ্ট বিন্দগী
ফত্ত-হৌদি মপৈ মপৈদ
হয়িংন বা-বা ইন্ন তোংব উরগ
তুঙ্কচন মতীন্ সীৎনৈ
মনাতোন্ মেল্লগ চৎনৈ
মী কয়া।
নুংসান য়ৈবদ
সহর পুম্ব অপুম্-অসাগী মনিল্ কারক্‌ই
হৌজিক্তি মীয়াম্ন হংনরক্লে,
তরু-তনানব পাম্ব
দষ্ট বিন্ খিন্‌ব হৌদোক্‌প মীদু কদায়দ লৈ
থোঙ্ চেৎন লোম্সিল্লগ লৈখ্রবা?
কুম্মৈগুম্ য়েংই ওম্‌সিন্দুন মীয়াম্ন
সহর সেম্‌গৎ-সাগৎনবগী মওং য়েক্‌প
খোংনাং মসাদ থেৎপ লাইদ
অদুগ সহরগী লম্বীদদি অঙাঙ্‌সিংন
থৌরীন দষ্ট বিন্ চিংলী। ❑

# চেগী লুহুপ্ উপ্ল অঙাঙ্

চেন সাব লুহুপ্ অমমম্ মকোক্ত উপ্লগ
নিংথৌনি ঐন ফম্নাইবন মখোয়নি
ওইরিব ফম্গী মসক্-মমিং তাক্চরদুন
সহরগী লম্বীদ অঙাঙ্সিং চৎলি
অচৎ-অওক্ল য়েংলি।
কৈথেল্ ফম্বী কৈথেল্সঙ্দগী চেম্প্লোক্লরক্ই
নোক্মি নোক্মি তৌন কুম্মৈ য়েংলম্বদগী
অঙাঙ্সিংদ সেল্ পীনরক্ই
করি ওইন উরবনো খঙ্দে
তাতাগীড়ীদ তোংব কুলীসিং মরোল্ লোন্নরক্ই
"মনিপুরী রাজা মনিপুরী রাজ
দেখ লো ভাঈ"।
লম্বী মী চিল্লি।
ষ্টারিংদ খদাং সৌরগ কুম্মৈ য়েংই ড্রাইভরন
কার মনুংদ মমায় লুক্থরি অচৌ-অসাংন।
তুম্মন্ন তুম্পক্ তাসিন্দুন খিল্লিব
লাইরেম্বীদ কৎপ কবোক্ চারম্ব অঙাওব অমন
চেগী লুহুপ্ উপ্ল অঙাঙ্সিংদ খুরুম্ই
লেপ্খৎলগ অমুক্ খোঞ্জেল্ হৌন লাউই,
"ঈচাসিন নিংথৌ ওইরব
অঙাঙ্সিংসিন ফম্নাইব ওইরব
ঐদী পেল্লে ঐদী নুংঙাইরে!"
মখোঙ মখুৎ সৎ তিংথোক্লুন ফম্লগ
মথম্মোয় সোক্ল ৱারব মী অমগুম্

হীক্ল হীক্ল কল্পী।

অঙাঙ্গী কুম্মৈ অমদি অঙাওবগী মতৌদ

খূবাক্ খূব য়াওই

পুক্লি তিংবমখৈ নোক্পসু কয়ানি।

অদুবু অঙাঙ্সিংদি চেগী লূহপ্ উপ্লদুন

সহরগী মফম্ খূদিং য়ৌহৌনব

ঙাল্লিঙৈ নুমিৎন ময়ুম্ চঙ্দ্রিঙৈ চৎখি

নিংথৌ অমসুং ফন্নাইব সারদুন। ❑

# মৈরীলক্ত ফোতো

বাক্চীংগী নোংন উরি-বাউরিবদগী হেন্ন ঈংহল্লি
নিংথম্বন হনুব নীক্ই
মৈ থাগৎলি
মসূ কৌসিল্লি
মসূ-মপু মৈপূদ মৈ তীক্ই।
মৈ তীক্পদ,
মসাগী ফোতো য়েংন য়েংন
হনুব ৱাখল্ খল্লি –
ইমং খৎন লাম্ব ফংগদৌরব মতম্ য়ৌরক্লবসিদ
ওসিদি ঈসক্সে কয়াদ থীন উরবনো
নুংসিদা নহা ওইরিঙৈগী মতমদো,
হৌথ্রব মতম্গী সাংথ্রব পুন্সি অমবু
মীৎ উইসিল্লগ হঙৎন নীংসিংলুবদ
হনুব মপুক্লিং নুংহিক্লরক্ই
মীৎলুদ পিরাং ঈহৌরক্ই।
মাইয়োক্লরগ ফম্মিন্নদুন মৈ তীক্লিব
তঙক্ তঙক্ য়েংলম্বদগী মসূন মপুদ হংই;
"পুপু নঙ্ করিগী কপ্লি
ফোতো য়েংলগ নঙ্গী"?
নোক্লিংদন নোক্ই হনুবদু
খূদৈ মচীন মপি তৈথোক্ইঃ
"তোতো তোতো পায়য়ু ফোতোসি
ফজদ্রা য়েংউ নঙ্গী নপুসি!"
মৈফুগী ৱাংমদ ফল্লিব মসূদ ফোতো পী
তনৌরব মসূগী খুৎসাদগী নাম্বদুন তাখি
ঙুং-ঙুং চাক্লিব মৈফুগী মৈরীদ ফোতো। ❑

# চীল্‌বুন্‌

সগোল্‌দ য়াচল্‌ লাক্‌পগুম্‌

মসান মসাগী মচীন্দ ফি পুন্‌সিঞ্জরদুন

মীওই কয়া অম চৎলি

নিংথৌগী হাইগৎলিব থাঙ্‌সাংগী মখাদ?

মমীত্তং ফাৎপ

মসা পুন্নমক্‌ ফিমুন কুপসিন্‌ব মীওই খরদি

সম্বল্‌ মরুম্‌দগী মকোক্‌ লীৎথোক্লগ য়েংলি

থাঙ্‌ পায়ব নিথৌ

অমদি

চীল্‌বুন্‌ লাক্লগ চৎলিব মীওইসিং। ❑

# মীৎকপ্ থোরক্পদ

হুরু-হুরু লৈরিব মালেম্ লৈকোয়পুংদগী তাহৌদনব
ইতিহাস নম্বো পোরগ
ব্বারী লীব হৈব
মমা লৈপাক্পু থাগৎকন্ব মচাসিং তুম্লি
ই-ন কুপ্প য়ুম্
মীতৈ য়ুম্জাও লাইখন্ তাবগী
ব্বা-ন সাব কাংথক্কী ফমুংদ।
তুম্বদ মঙ্ মঙ্ই
মমঙ্দ ব্বা ঙাঙ্নরকই,
ঐখোয়গী ঈপা-ঈপুদি থৌনা ফবনি
ব্বাত্ত-পাদবীনি ঈমাদি
চীংবু য়েংলে মফজব
তম্বু উরে নীংথিজব
হৈরাং-লৈরাং
ঈসিং-নুংসিং
তোপ্তোপ্পা লমদন্নি অতৈদ লৈতব।
অহাঙব আতিয়াসে মুন্নরক্লব মতম্সিদ
চাওখৎপগী লমজেন্দ লেং ঈন্নরক্লবসিদ
কনাবু হন্ন য়েংনদ্রবসিদ
নখূৎ কারাঙ্ লোল্লিল্লগ
নখোঙ্ কারল্ চল্লগ
চঙরক্লদুন লৈরিব হে! লৈপাক্ মচাসা!
করিগী অদুক্ অনম্-অহা চুবনো?

ঈসান ঈসাগী ঈখোঙ্দ লেপ্চব ঙম্লব
ইতিহাসকী মমায় পরীং লৈখিদনব
মোল্লংদ পঙ্থদুনা লৈব য়াব মতম্ নত্তে
ওইগনি অরেম্ব হৌখ্রবদি পূন্নমক্
অদুম্ তৌরম্মী হায়ব ঙাক্তন করিবু কান্নগনি
হৌগৎলু নুংথিন্দ তুমখুন্ তাল্লিবসা।
অওন্ব-অহোংব মালেম্সিগী খোঙ্চত্ত অওক্প
মীৎকপ্ থোরক্পদ উরগনি। ❑

# ধর্ম্মগী লাইরিক্

মতম্ কুইন থিনরক্লবগী মতুংদ
লাইসঙ্দ
হূরান্‌ব নুপাদুন ধর্ম্মগী লাইরিক্ য়েংসিন্নরম্বদু
মীয়াম্ন থেংনরে।
সাউরবসিংন হূরান্‌বদু
পুন্সিল্লি মখোঙ্-মখুৎ
ফীবুল্ নম্মী মচীন্দ
মসা সাগল্ পায়দুন চিংই।
অহাপ্প মসম, অনপ্প মকোই
হূরান্‌বদুদগী লৌথোক্‌পদ মথঙ্ মথঙ্
মীত্রংগী ফীজোন্দ থাঙ্সু য়েপ্লম্মী।
হৌজিক্তি মসক্ খঙ্লে মীপুম্ খুদিংন
অসাব লাইনিংব
মীয়াম্‌গী চাকখাউ সোয়দৎপ
নুপাদুনি হায়ব।
অরাম্-খৌরাংবন চরী তৎকদৌরব
ঙসিগী খুন্নাই অসিগী মীরোন্ন
হূরান্‌বদি ফারে
অদুগ ধর্ম্মগী লাইরিক্কুন
থোঙ্ সাবাক্ ফাক্ল হাংদোক্লিব লাইসঙ্দ
লৈহৌগদবদু য়েংসিন্‌বীনব য়াওদন
মদুগী বাখল্ খন্নরক্‌ই। ❑

# অৱাব খাঙ্বদ

চেক্, নুং, লৈঙোই পুব মাল্গাড়ীদ
থবক্ সুব চৎলি মীতৈ নুপী
জীপ্ কার মনুংদগী খঙ্ঙন-চান্নবন
উখিগদ্রা খল্লি করিগুম্বদ
ঈকায়বীদে হায়জরবসু
লম্বী চৎপসিংদ ফম্নপ্-ফম্নপ্ য়েংই।
থবক্ সুবদঃ
কোক্সেৎ সেৎলি
খ্বাংচেৎ লাক্ই
চরৈ ফি কৌহল্লি
ঙম্জবীদ মখা কন্ন চীকই
সিম্থা মাইয়োক্লরিঙৈ নুপীজা ওইবীন
মুখৎপীরি তম্থিরব হমাংন
য়ুম্গী মৌনি খঙ্হঞ্জরিব
ময়ুম্দগী থিল্লকপ চন্দন্।
মসিদসু নত্তে,
থবক্ সুরিঙৈ
নাম্বদুন তাখিবদ সম্জীদগী লৈরাং কবোক্লেন
অৱাংৱ দলান্দগী লৈমায়দ
অহাঙ্বদ য়েংদুনসু নুরাগী মীৎতগী
সীম্থগনু য়াদে মীৎলুদগী পিরাংদি।
সিবদি ঙম্দবন

নিনিগী হিংব পুঙ্গিগী লান্‌ফম্‌দ লাঙ্গেংনবদ
লৈত-লায়রগী চৈথেংলক্ত
চোক্‌থরবসু নুরাগী হক্‌চাংন
নীংসিংহল্লি নঙ্‌থরক্লিব খোম্লাংন মচাবু
অদুবু লুরিবদি,
অরাব থাঙ্‌বদ তন্দন্‌ পাইরবী মমীত্ত
তুফক্‌-তুফাই চন্‌বা ঙাক্ত ওইন উই
লম্‌দম্‌সিগী নুপাসিংসি
নুরা মানদি। ❑

# ভারাদ সান্দোক্পীরবী ঈম্ফাল

ভারাদ লৈবসিংন
ওইহৌনব মখোয়গী লম্
লৈচিন্গ বাংব মান্নন সাগৎলক্লিব দলান্গী
মখোঙ্ খোঙ্পাক্ অচৌ-অচৌবসিংন
নন্সিল্লগ নম্সিন্দুন থম্বীবদ
ঈম্ফাল্দি লৈনুংদ অসুম চঙ্লি।
মকু ফজরব অরং-অরাক্ত ঈম্ফাল্গী
মখাং মেৎলগ য়েংলিব
মীওই কয়ান অসিগুম্ব বাখল্ খল্লিঃ
“ফজরে অমদি চাওখৎলে ঈম্ফাল্সি”
অদুবু,
খুঙ্গংগী লম্বী মনাক্কী উপাল্দ
লাক্ল-লাক্ল খোংহৌব উচেক্কী মরোন্দি খঙ্দবন
অহিং তুম্বদ ঈম্ফাল য়াম্ন লাপ্পী হায়ব কাউই।
বাদন নুংঙাইব পাম্ব কয়ান
সান্দোক্পীবদগী ময়ুম্ মকৈ ভারাদ
ঐখোয়ন ঐখোয়গীনি হায়জরিব ঈম্ফাল্সি
সক্তম্ মাঙ্সিল্লক্লে মসাগী।
মরীন্ পান্দব চাওখৎলবনি হায়নদি খঞ্জব
মসান মসাবু মসক্ খঙ্জদব
মপা-মপুগী খোঙ্গুল্ লীনিংদব
চীন্গ খুৎকসু মান্নদব

পারী-ইমোম্‌সিংগী মরক্তগী
কন্‌ব গুম্‌গদৌরিবসি কনানো ঈম্ফালবু?
চারি, থক্রি, হিংলি মসিখক্তদ পেম্বোক্লগ
তাউদুন লৈরব খুন্নাইসিন
অনৌব সক্রোন্‌ অমগী
গাইরিঙে মতম্ল পুরক্‌প নুমিৎ
ইম্ফাল্‌ নঙ্গী নরাইবক্তি লুরে। ❑

# থবী য়োন্‌বী

মৈবুল্‌গুম্ চাক্লিব নুমিৎকী মৈসাদ
ফোঙ্‌-ফোঙ্‌ সারদুন মালেম্ন মনিন্‌ কারি।
কুচু থোক্‌ত্রবী
সরু পোলাংত ঙায়রবী
পলেম্ মান্‌বী নুপী অমন,
নুংসান য়ৌরোইদব
উরুম্ লাংব মফম্ অমত্তং থিজদুন
দুকান্ মমাঙ্গী খোঙ্‌ লম্বীদ থবী য়োল্লি।
লুপা তরা মঙায়
সীৎকে সীৎলবদ মাগী থবীদু।
পোৎ-লৈব-লৈদব খঙ্‌দে
মী পঙ্‌চঙ্‌দ চঙ্‌ই দুকান্ অচৌবদদি,
ৱাখল্ অম লাক্‌ই থবী য়োনবী
অগরবত্তি মচৈ অম মৈ চুরগ থায়
থবীদ য়ুংদুন মৈখু কাইল্লি
মপুক্লিংন কৈথেল্ লাইরেম্বী খুরুম্মী।
মীন হন্ন য়েংবীদ্রব থবীগী খন্‌বদ
খক্-খক্ চিংন হাইফেৎ উইরুই,
য়ু ঙাওব মচানুপান
হাইরং হাইরং লাক্লগা
থবী নেৎখায়দুন সান্নরম্মী।
মীৎকপ্ থোরক্‌পদ মীৎচানৈ
থবী প্রোক্‌প্রোক্ সায়দুন চারম্ব কৈথেল্ সল্‌গ,
স্বাই লাউই থবী য়োন্‌বী
অদুবু ৱাদি ঙাঙ্‌দে
সন্ন থবী চাব য়েংদুন
তুম্মিন্ন অদুম্ লৈ। ❑

# মিঠাই

পাক্সী কোল্লিব দুকান্দারন
ফক্লাংদ থেংলিব লক্ষ্মী য়েংলগ খল্লি
চাওখৎহন্সিগে করম্ন দুকান্সি।
মখুৎ লোম্নে
মপুক্লিংনে লক্ষ্মীদ খুরুম্মীঃ
সেল্গী মবেম্ম হে। লক্ষ্মী দেবী
লেঙ্সিন্বীরক্উ পাক্সীনুংদ ননাইগী
ওইহন্বীয়ু ঐবু ঈনাক্খুন্ব অমুক্তদি”
মীন তাথ্রবা সোল্লিব লাইসোল্
কনা চঙ্লক্পগে য়েংই পোৎ লৈব।
বাখল্ অম লাক্ই
লক্ষ্মীন মঙাল্ পীবীরবোই খল্লি
মিরাং থুরবসু চাক্খুম্দ
ইজ্জৎ চাউব মীতৈমচানি হায়ব নীংসিংলকই
করম্ন খোম্জিন্সিগে খল্লি সেল্ অচোইব।
মকোক্ খোৎলি
তরঙ্-মালঙ্দ য়েংই
অয়েক্প লক্ষ্মীন থাদরিব সেল্
খুজোক্ থম্ন পীয়ু মখুৎ তিংথোক্লিংই।
সিকি পীব মখায় পীব
থোলাদ থম্লিব মিঠাই পেকেৎ ময়াম্ন
বা ভাঙ্লবোই নীংই
সেল্ অচোইবগী বারবদ
মিঠাই ঐখোয় লৈজরি। ❑

# সিরগ মমিং ওন্‌ব

লাইরম্লেন্‌গী চঙ্‌ফম্‌ হোজঙ্‌দ
লাইয়াম্ল পম্লোন্‌ নাইন-ঙাক্‌-সেম্লি
সিরগ লাইরৈপাক্তা লাক্‌পা মীওই খুদিং
হিংলিঙৈ মতমদুগী মীওইদুর য়েংই
চেক্‌সিল্লি থোঙ্‌-ঙাক্‌পসিং।
কুচু খেন্নব
লোল্‌ মান্নদব
সক্ত-চুদ পূম্‌তোপ্‌ তোপ্ল
নুপী-অঙাঙ্‌, নহা-অহল্‌ কয়া অমদি
নোক্‌ফেৎ নোক্‌ফেৎ তৌন লাইরম্লেন্দ চঙ্‌নখি
থোঙ্‌-ঙাক্‌পন থোঙ্‌ হাংবদ।
সিরব মতুংদ মসাগী মমিং ওন্‌ব
লম্বোই-তুবোইব লাইনিংব মান্‌ব
মখোয় কয়াদদি
হংই সিরগ মমিং ওন্‌বগী মরম্‌
অকুপ্ল ঘারোল্লু লোই
লাইরম্লেন্দ চঙ্‌হন্দে তরাই তরাইন।
কল্লী মী অমদি ফ্রং-ফ্রং চোংদুন
লাইরম্লেন্দ চঙ্‌নিংবগী
থোঙ ঙাক্লিব লাইয়াম্‌দ হায়জেং
ঐদী খঙ্‌দে মিং ওল্লি হায়ব ঐগী
মফম্‌সি য়ৌরক্‌পদ খঙ্‌ই
ঈমান থোন্‌বনি ঐগী মিং "উলেল্‌" হায়বসি
নত্তে মসিদি মীতোপ্‌কী লোল্‌,

তৈথোক্-তৈথোক্ক মমীংকী পি
অসিবন উই য়েংথবদ মালেম্দ
নুপা অমন করি করিনো সোন্‌ব
অসিবগী হক্‌চাংদ নক্‌সিন্ন।। ❑

# অসিবগ অচঙ্বগ ৱাফংনব

ঈখেংলক্ত ওল্লগ মী অম সিরম্মী
মীয়াম্ন হায়নরক্ই,
সাধু বাবাদুনি সিরিবসি।
লৈঙাং মচুগী খাওন্-ওন্ন ইন্‌ব ফি-য়াওরম্‌দে
সেৎখিব কৌপিন্-য়াওরম্‌দে
য়ুবী খুজাই অমদি মালাখাউ-পায়রম্‌দে
চৈসূসু উদে
সূপ্নতগী
খোংগ্রাউ অম উপ্লম্মী
ফুরীৎ অম লীৎলম্মী
অমত্ত লৈরম্‌দে মসাদ লোয়নখিবসিংদি।
মচীন্ থীব খরন হায়নরক্ই,
তৌরম্ব য়াই করিনো অরোন্‌ব খরদি
লাইনিংবগী মমিংদ সাধু বাবান
মতীন্ সায়রগ ৱা ঙাঙ্‌ব খরন ঙাঙ্‌লকই
খন্ন-নৈননিংঙাই অমদি ওইরি
ওল্লল্লিবসিনি সাধু বাবাগী ফিজেৎ
ঈমুং-মনুং মরী-মতান তেংথারকই,
হাৎলিবনো করিগী
মীহাৎ থীন করম্ব মরান্‌গী?
মীসি-মীনাগী থৌদোক্কী মরম্
দাইরিদ ইসিল্লি কবি অমন
"অসিবগ অচঙ্বগ ৱাফংনব"। ❑

# দোলাই-লেংগী পৈসা

সঙ্গোয়দ থেল্লিব অউন্‌পোৎ য়েংলগ
লুহোংগদৌরিবী লৈসাবীদু মোমোন্‌ নোক্‌ই
উপু, কাংথোল, গ্যাস কুকর,
দ্রেসিং তেবল, টিভি, রিফিজিরেতর,
অসুম্‌ য়েংই।
ময়ুম্‌ পান্‌গদৌরবীনি খন্‌বদ
মথুম্‌-মরাঙ্‌ হৌই।
তুম্মিন্ন সোল্লিংঃ
ঐগী অউন্‌পোৎসি য়াম্লে
চোপ্‌কদৌব মাদ্রে।
অদুবু মতম্‌ কুইদে
চাউথোক্‌পগী নাপল্‌ মরক্ত ৱাহং থোরক্‌ই,
কদায়দগী সেন্ন লৈবনো
অওং- অউন্‌ পোৎয়াম্‌সি?
পাউখুম্‌ থিবদ
এম: এ: সেল্‌ থোক্তবীনি হায়ব মসান য়াজৈ
কপ্পিংলক্‌ই
পোৎপাং পাল্লক্তে
অউন্‌পোৎকী পৈসা কদায়দগীনো খঙনিংলক্‌ই।
মচাগীদমক্‌ ৱাজরবী মমান খঙ্‌হল্লি
অৱাৎ-অপা য়েংসিন্‌ব চঙলক্‌পদ,
দোলাই-লেংগী লৈসা লৌই

লাঙ্‌ব ঙম্লিবনি মদুন নঙ্গী অওং-অউন্‌

তোংগদবদি নস্তে দোলাই

ঙসি লুহোংবদ নঙ্গী,

মমাগী ৱাহৈদ মচানুপী ঙক্‌ই

"ঈমা" হায়ন কৌবোই-সোন্‌বোই তৌই। ❑

# লুপা মণ্ডা চৎপী

পালাগী ঈসৈদ, পুংগী চোলোম্দ
সেল্ যান্ন থানে
সজীবু থাগী নোংলৈ-নুংসিত্ত
উনা-ৱানান কেন্বগুম্ মাগুব ময়োন্দ
লুপা মণ্ডা চৎপী চবুন্ন ৱাই চাই।
ঈসৈ সক্ই পালান
চোলোম্ তৌই পুং য়েবন
কনান ঈসৈ তারিব-খণ্ড্দে
কনান পুং চোলোম্ য়েংলিব-খণ্ড্দে
ঈসৈ সক্প ঈসৈ লেপ্তে
পুংয়েবসু অদু মণ্ডাই
মীসু মাগুব চোন্ন তিল্লি
করিগুম্বদ ভালো লাউব খোঞ্জেল্সু তায়।
তৌরিব মতৌসিদ ৱাখন্ন অসুন্ন খল্লক্ই,
মমীৎ তাঙ্বন ঈসৈ তাবগুম্
মনা পঙ্বনা কুম্মে য়েংবগুম্
লমদম্সিগী অহল্-লমন্সিংসি
নুংন সাব সক্তম্গুন্ন
করিনো অম ওইন উরক্ই।
চৎনরিব চৎনবীসিদ নুপা অমসু ফম্মী
মহাক্পু উবদ নীংসিংলক্ইঃ
মতম্ অমদ মহাক্ত খোঞ্জেল্ হৌন লাউখি
মীতিন্ কয়াদ মাইক্রোফোন্দ ৱা ভাঙ্খি
ঐখোয়গী লোল্ মনিপুরী
চল্হন্গদবনি নিপান্সুব সিদ্যুল্গী
চৎন-পথাপ্ত ভারতকী। ❑

# লৈগী নাচোম্

নাচোম্মুদি নাচোম্নি লৈগী
অদুবু, লৈরাংবীদুনদি হান্ন খন্খি
নাচোম্সি নাচোম্ অম ওইহন্গে
মদুন লৈরাংবীদুন খুৎ য়ান্ন চঙ্ হল্লি
লৈচল্ সেম্বদ নাচোম্গী।
বাংন থাঙ্গৎলি
অমুক্ক লৈপাক্ সোক্লিংচিৎ নেম্থে
হুক্ক-হুক্ক লৈরগসু য়েংনৈ
নাচোম্মুদি নাচোম্নি খঙ্নরবসু
মীৎয়েং মান্নহন্দব ঙম্ব নাচোম্ ওইরক্ই।
অউবন য়েংলগ হায়নরক্ইঃ
সামু মাল্লি,সগোল্ মাল্লি,
নুমিৎ মাল্লি, থাসু মাল্লি,
য়েংলু-য়েংলুবদ বাখন্ন থল্লি
নাচোম্দু নাচোম্নি হায়ব কাউনরক্ই,
বাখল কয়া পুথোক্লরক্পসিদ লৈরাংবীদি
মথম্মোয়দ নোক্ই। ❑

# বিঃ এঃ দ চৰু থিহনৱ

সাব কুইরে
মীতৈ য়ুম্জাও লাইখল্ তাবদু
ফক্লাং খারে থোঙ্ থোঙ্নাও পাল্লে
অদুবু, ৱাই তৈদ্রি চৰু ফংদবদগী।
য়ুম্ লোইসিন্নিংদুন ৱাখল্ খল্লম্বদগী
মাঙ্গোল্ ফম্মেন্দ ফল্লিব মপান মচাদ হায়রক্‌ইঃ
বিঃ এঃগী লাইরিক্ পাব লায়রি ঈচাসা!
সারিব য়ুম্‌সি লোইদ্রি
হোংজিন্নব তৌদব য়াদ্রবনি
সেল্‌সি পায়য়ু, থৌরীসু লৌরু,
মায়কৈ ফাংনে চৎলু
নুমিৎ তাদ্রঙৈ থিদুন লৈরক্উ
ফক্লাং ৱাই তৈনব চৰু,
পাঞ্জিন তাক্লক্‌প সঙ্গাবগী নুমিত্তুদ
সোয়রব করিগুম্বা হোংজিনৱ
লৈত্রবনি অফব নুমিৎ অম
হন্দক্কী কুম্‌সি চহিসিমগী।
য়ুম্থংনবগী চেক্ক সাব য়ুম্
হাইফেৎ য়েংলম্লগ মীৎচিন
মপাগী য়াথং হীক্তোক্‌প ঙম্দবন
চৰু থিব চৎনখি মচাসিং।
ফক্ত চাইদুন লৈব বিঃ এঃগী লাইরিক্ উরগ
মওল্ মওল্ খল্লি মপাদু
বিঃ এঃ অমসুং চৰু অমন য়ুম্। ❑

# নোং য়ুব অনা-লায়েংসঙ্

লৈকায়দ অখন্নব য়ুম্-অম সাই
য়ুম্দুগী সঙ্মায়দ সাইন্বোর্দ অম থেংলি
পৌরপ্ল লাইরিক্ ময়েক্ত ইঃ
"মীয়াম্গী অনা-লায়েংসঙ্"।
নাহেরিব অনাব অমদ
খূদাং মিহুন্ য়েংলি মাইবন
মমীৎ লাওথোরক্ই ফম্সেন্নবসিং
নুংসা থী মপুক্লিং
মীৎ কুপ্ল সংদে
অনাব অমসুং মাইববু য়েংবদ।
মহৌসা কৌবী লাইরেম্বী
অৱাব খঙ্বীদে তাইবংমীগী
চুব হৌরক্পদ ঙায়রিব কুম্গী নোংন
অনাবগী ফমুংদ তপ্-তপ্ য়ুরি
তেংকোৎনা কাংখল্ মথক্তা নোং য়ারি।
অদুগ,
সোর হোল্লি ফাওদ্রব
মিহুল্ হুল্লি খঙ্দ্রব
অনাবগী থম্ব ঙা উচিন চেম্বদু
য়েংদুন লৈথোক্ই হৌদোংসু
নিংথম্বন থক্-থক্ নীক্ল
নোং হাংলগ নুংসা য়াইগনি খন্ন
তুরোই-ঙাম্লোই তৌরব
অনা-লায়েংসঙ্ মনুংদ। ❑

# চৈসাং পায়ব ওজা

সজীবু থাগী নোংলৈ-নুংসীৎ য়ৌরক্লিঙৈ
তেক্‌খিগদৌব মাল্লি মহৈতম্ফম্ সঙ্দু
চৈঙাক্ পী বা-ন নাকন্দ খা-বাং
লা-মুক্ত পাব জিওঘ হোরে লেন্ন
য়ুরগনি নোংজু থা-ন লাক্‌পদ নোং।
মখুত্ত চৈসাং পায়ব
মহৈতম্ফম্‌সঙ্দুগী ওজা অমন
তলব ফংলগ চৎখিগদৌব সেল্‌গী
খল্লি বাখল্ ফন্ন ফন্ন,
অসুম্ উইথখি
তেবল্‌দ খদাঙ্ সৌরগ
মতীন্ অ-র-র তা-ন তুম্‌থখি।
ওজা তুম্‌খ্রে-তু-খুদোম্বী থিল্লগ
অঙাঙ্ অমন লাইরিক্ খাউদগী পুথোরক্‌ই
নর্সরি ক্লাসত তম্ব লাইরিক্ অমথক্
অদুগ পারক্‌ই
অঙাং অতৈদ তাহল্লি
এ-ন এপল্, বি-ন বোল্, সী-ন কেৎ।
ওজা মীৎকপ্ থোরক্‌ই
নখাঙ্গী আনোক্ ঈন্‌খৎলি
মমীৎ অনি লংখৎলি
মখুত্ত চৈসাং পায়খৎলি
অঙাঙ্ লাঙ্‌ব চৈরক্‌ই
ফান্ মখাদ তাব লাইরিক্ অম

লৌখৎলগ য়েংবদগী খঙ্‌ই

মসিগী ক্লাসসিদ তম্ব লাইরিক্ নত্তে

চৈসাং পায়ন পায়ন ওজা তৃমিন্না লৈ

লাইরিক্ তম্বগী স্কুল্‌দ অঙাঙ্ থিন্নব উবদ

ঘড়ি য়েংই ওজাদু। ❑

# চিকন্ সোপ্

পোলাংদ কৃক্-কৃক্ ঈন্নন থম্লম্ব য়েন্
মসীং অসুম্ তাক্সিল্লক্লবদ
য়েন্বী অমগ য়েন্বা অমগদি
হিংলি– লাইবক্ ফব ওইরি।
তাইবংপান্বগী চরাঙ্নব মরক্সিদ
তোপ্-তোপইয়েন্ অনিগী মতৌ
পীক্লব পোলাং মনূংদ
মকোন্নি খন্ন নুংঙাই
নুংসিনন মীৎচানদুনা য়েংনৈ
মচীন্ চীক্লোক্লে।
কাউথোক্লুন লৈমিন্নরম্ব য়েন্য়াম্
য়েন্বীবু য়েংলগ য়েন্বা লাবন
নুংঙাই-ঈথক্ ঈপোন্লক্তা
অমোমদ লাব-ঐ-লৈরি মতাগুম্
হিংলিবসিসু পুক্নিনি তাক্পগুম্
খোম্থাং নাইন ঈসৈবু সক্ই।
য়েন্ উবদ মতীন্ চোরবসিংন
য়েন্ য়োন্ফম্দ থম্বদু
অপাম্বন খুদোম্বী থিন্বদ
কয়া লূপ্লিব চাং খঙ্নীংবদগী
ঈহিং তৈরব য়েন্ সেম্ব মীদুগী মখুৎন
পুথোক্খি পোলাংদগী মখোঙ্ পায়রগ য়েন্বাদু
ফালাদ থম্মী মমল্গী,
পা-পীগুম্ লোয়নজরম্ব য়েন্বী
করিনো খঙ্দন মথন্ত ঙায়হৌবগী পাখৎলি। ❑

# দুকান্ কারক্

বসতগী কুম্থরক্পী নুপী অনিখক্
পোৎ লৈব লাক্প মাল্লি
ঈম্ফাল্ কারক্প ওইরম্গনি নীংই
অমন লৈসাবী অমন মৌ মাল্লি
সক্ফম্ খেন্নৈ।
লৈসাবীন হংই লাক্মিন্নবীদ
কদায়দনো ঈনম্ম?
ঝারীগী মমৈ-মকোক্ খঙ্দে
লম্সাঙ্ লাক্পগী খোঙ্চত্ত
লোইহৌদব ঝারীগী সম্থরক্প মখারা?
কনান ঙম্গব মদুসু হায়ব!
"কদায়দনো ঈনম্ম" তোয়ন হংই
পাউখুম্ পীব ঙম্দে মনম্ম সাবী
খোঙ্থাঙ্দি কন্খৎলি
লম্বীগী নাক্-য়েৎ-ওই য়েংই
খঙ্দ্রে তৌগদৌরিবসি সোল্লি।
লম্বী পরীং লাক্পদ
খোংগ্রাও সেম্জিল্লগ নুপা অম
থোরক্প উবদ দুকান্ কারক্কী
সিদ লৈরে ঈনম্ম– হায়রল্লগ
চেন্সিন্খি লৈসাবীদু। ❑

# সল্ ৱাইনব

সঞ্জাবুং নত্তবদ থাদোক্পা সল্ ৱাইনবদ
লম্বী অচৎ-অওক্ কয়ান
মথৌমক্ ওইন য়েংই।
ভাবুক্ মরক্তগী
থৌনা হাপ্নব লাউব য়াওই সল্গী
"অরাংব চুই-চুই, অমুবী চুই-চুই",
সল্ ৱাইনবগী মীয়াম্ উবদ
কালেন্ নুংসা মরক্ত
লম্বীদ চুহিং য়োন্ব মীন
মপাম্বোম্ চোক্থব খঙ্দবমখৈ
হুরু-হুরু লৈ মাগী কোলুদু
চুহিং য়োন্গে নীংই।
অমোংপ পক্প চুদগী খোত্তোক্ই
তরু তরু গিলাস সেংদোক্ই
নোংমদোন্ আতিয়াদ মমায় হঙ্থলি
খুরুম্জে ঈশ্বরবু,
পাইরিব নোং পুব হে! অমুব লৈচিল্!
খুমজিন্বীগনু কোরৌহন্ব নুমিৎপু
সল্ ৱাইনবা লোইদ্রিঙৈ
নুংসা য়াক্ক সাহন্বীয়ু
মীওই খুদিং খৌগংনহন্বীয়ু
মদুন পোৎসীৎ ফগনি ঐগী চুহিংগী।
সল্ ৱাইনব য়েংবদ মতম্ মাঙ্হল্লিবসিং
চুহিং সুম্ব মী অমগী ৱাখল্ লৌসিং

সল্ ফাজিন্‌গে লাক্‌প অহল্ অমদি খঙ্‌ই
কোম্ৌরী মখুত্ত পায়ন পায়ন
লৈপাক্তা নীঙ্গাং ফম্লগ য়েংদুন
মোমোন্ নোক্‌ই মথন্ত। ❑

# মাগুব ময়োল্

মীঙোন্দগী পূরক্‌প সেল্ সেন্নব রায়
তাহৌগদ্রা কিবন হুমাং অনপ্পী কায়
অদুবু অনীংবদি মসিনি
শ্রার্দ্ধ কর্ম্মগী লাক্লিবা ঐসে
উবিরিঙৈদ য়ুম্মুন
মাগুব ময়োন্দ চঙ্‌লগ
পালাদ সেল্ থাগে।
খোঙ্‌চৎসিদ ঙসিগী
মতুং ইন্নদুন লাক্লে ঐন সেন্‌গী
ফীজোল্সু রায়রক্লে লৈজদবদগী
ফন্ন ফন্ন ঐন মীয়াম্ মরক্ত
চেঙ্ লৈতবগী নুপীন সোল্‌হৌব
মপুক্ লাল্লব অঙাঙ্‌ন কপ্‌হৌব
মীৎসিদ উরক্‌ই
অদুগ,
ঐন পালাদ্ সেল্ থানবগী
সেম্-সারিঙৈ ঈজ্জতকী
খন্‌গনু য়াদে রাখন্দি। ❑

# গোল্ড মেদল্

মীরৈপাক্ত সান্নব য়াওরুবগী মনা ফংলক্পদ
সান্নরোই তরান্ন ওক্পগী থৌরম্ পাঙ্থোক্ই
ঙক্সম্দ গোল্ড মেদল্ সি-ন-সি-ন
সান্নব চৎপগী পূসিল্লুব সেন্গী খন্বদ
পেহৌ পেহৌ তৌই সান্নরোই।
সান্নরোইদ পূক্নিং থৌগৎপগী
পূন্ন ফম্মিন্নব মীফম্দ
চা-দ বন্ মচেৎ মচেৎ লুপ্লগ চানৈ
কনাগুম্বন সান্নরোইবু মখূৎ সোক্নৈ
নুংঙাইব ফোঙ্দোক্পগী থাগৎপীবদ
নুংসিব সাদুন লেঙ্গোন্নরগ হায়নরক্ই,
"সান্ন-খোৎনবগী লম্দ
সামান্- লেংমান্নবগ লম্বা পান্নবদ
গোল্ড মেদল্ লৌব ঙম্লক্পসি
মায়নি ঐখোয় খ্বাইগী"।
অদুগ, চে-ন সাব লৈ-পরেংন
হুক্চিন্বী সান্নরোইগী মঙক্সম্দ।
নীংসিংলক্ই–
মচাগী রাজরব মমা-মপাদ
মহাজন্ম সেল্ থৌরবদু
সান্নরোইগী মমীত্ত উরক্ই
মপুক্নিং নুংসিরক্ই

মঙকসম্দ সিরিব গোল্ড মেদল্

মখূৎন পায়রগ য়েংন য়েংন

কপ্পী নুংহিক্লন

পি নৌবগী মরম্ খঙ্দবসিংনদি

গোল্ড মেদল্ ফংলক্পগী

হরাউ-নুংঙাইবদ সীষ্ণব পিনি খল্লি। ❑

# অসিবগী মমিংদ

মাঙ্গোল্ ফম্মেন্দ
মচীন্-মনাও মঙান সেল্ মসীং থী
মীঙোন্দগী লৌরুব সিংগদবন কয়া
খূৎ থেক্তুন পাই
পোৎয়েং-পোৎপাংদগী লাক্পন হেন্বদ
নোক্ফেৎ তৌই মচাসিং
অসিবগী সেন্দি পুব খঙ্ই হায়বসি
মখোয় লোইন থাজনৈ।
শ্রাদ্ধ লোইবত ঙায়রিব
ফক্লাংদ থেৎপ অয়েক্প মপাগী সক্তম
খোয়দৌ সাউগৎন য়েংথরক্ই
বা ঙাঙ্বগুম্ন তৌরকই,
"তাইবং মীওইন হিংলিঙৈ মতমদদি
মপা লৈরি নীংসিংবীদ্রব ঈচাসা।
শ্রাদ্ধ কর্ম্ম চাউন সোল্লে
অসিবগী মমিংদ সেল্ তাল্লে
ফীরোইসু কুম্মৈগুম্ পাঙ্থোরক্উ
মীগী মমাঙ্দ ঈজ্জত লৌরক্উ"।
নুপা মঙাগী মৌ মঙা
খঙ্ব হেন্গৎলক্ই নুপী ওইবীগী চৎনরোল্
খুরুম্লগ মকুবোক্কী সক্তম্দ
ধুপ্কী মৈখুম লৈচিল্গুম্ মমৎল্লি। ❑

# পি সীন্থরিবসিংগী

তুংগীদমক্ পি সীন্থরিবসিংগী য়েংদুন ঐন
নাকোং খুদিং তাহন্নিংন ৱা ঙাঙ্লিবনি
মদুদ খোল্লাউ য়াওহল্লিবনি
নীংঙম্দবন কায়রবসু কায়ন থম্মোয়সে
ইসিংখা থোক্পমখৈ ঐন
লাউরিবনি পূক্নিং ফাওননব অমগ অমগ
"মীৎকপ্ থোক্উ তুন্নিবসিং
য়ৈহল্লু হক্চাংদ অয়ুক্কী নুংসিৎ"।
অদুবু—করিগীনো খঙ্দে
নোংঙান্দব অহিংত ওইব লম্দমগুম্
মী-সিংসি হৌগত্তে
য়াহৌ থেঙ্ই।
চগুংনন লৈরিব খাংপোক্সঙ্গী মপূসিংসি
অফংব- অরৈব খরদ
পেম্থোক্পন নুংঙাইবনি খঙ্ন হিংলিঙৈ
চাক্নি-ফিনিবন মতম্পাক্তা ফন্নরবদা
ঙাঙ্জব ঙম্জদে করি অমত্ত।
হৌজিক্তি—
পোন্গী চেক্লাগুম্ কয়া অম হিংলি
অদুবু, মখোয়গী পুন্সিদি সোন্দম্-নাদম্মী
নীংসিংহন্নিংই অসিগুম্ব সৈসক্ —
চীংবু য়েংনে তম্বু য়েংনে

পেনা চৈজীংদ সৈথারম্ব নুংসি সৈরোল্

তারব করিগুম্ব ঙসিগী মীরোন্ন

নৌগনি পি

চীংগী-তম্মীগী অদুঙৈগী নুংর্সি-চান্নবগী ৱারীদসু

চুংগনি ত্তু ।

অসুন্ন অসুম্

পি সীষ্কুরিবসিংগী মপাউখোল্ পুদুন ৱা ঙাঙ্বদ

খোঞ্জেল্ ঐগী সিথরক্লে। ❑

# ঙসি থা থোক্কনি

ফক্লাং পাঙ্গিকাদ
খুদোম্বীন মার-মারগ মৈ-পান্নব ফম্নাইবন
ঙসি কয়ানি পাল্লবগে য়েংই
পান্খৎলক্প থা ওইরম্বদগী মোমোন্ নোক্ই
ঙসি থা থোক্কনিদন খল্লি।
রাখল্ অম লাক্ই-
ফম্ন ফম্ন কৌসিল্লগ মনাই অচান্ব
তৌগদব থবক্কী সিন্থা তাক্ই।
খঙহন্গদবনি হৌজিক্মক্ লৈপাক্ মীয়াম্দ
য়ৌহন্গদবনি পাউ্সি নুমিৎ তাদ্রিঙৈদ
থা থোক্প নুমিদাং খূদিং
সুনাংদ, মাঙ্গোলদ, কোম্হোংদ, মনীংদ-ময়াদ,
লম্বীদ, লম্জাওদ, লৈরক্ত-কোম্সাংদ,
করিগুম্ব মপান্গী মফম্ অমত্তদ
মৈ থান্ব য়ারোই হায়য়ু।
লাউথোক্কদবনি মসিমসু
লম্দম্সি লমদম্ অম ওইরে
নোং তাদ্রে
ঈসিংগী অৱাব লৈরে
চীংগী লোক্তগী ঈসিং চেল্লক্তে
পুখ্রী, পাৎ-তুরেল্, খোংবাল্-লুক্রাং লৈত্রক্ চৎলে
ইলেক্ত্রিক্ পুথোক্পদ রারে।

মনাই তোম্ব কৌসিল্লি
সিম্থা পাঙ্থোক্লব সিন্নে
লৈ ঈসিং চাইহল্লি।
মখোঙ্ য়াঙ্ব মনাই অচান্বদ থবক্ তৌহল্লি
মাঙ্গোলদ জেনেরেতর খিল্লি
থৌরাং তৌই নুমিদাং মম্দনব মৈগী
মবুঙো খুরুম্লগ পাউজেল্ সন্দোক্প চৎখিবদ
মোমোন্ নোক্লুন লৈহৌই ফম্নাইবা। ❑

# সেল্ হৈদোক্প

মীতৈগী য়ুমজাও লাইখন্ তাবগী মাঙ্গোন্দ
ফম্লেন্ ফক্ত হীদাক্ফু চিংন চিংন
চফূদগী সেল্ হৈদোক্লগ হনুবদুন
সেল্ মসীং থী।
মসূনুপা তুমপক্ তাসিন্দুন ফম্লিবদুদ
পুপুগী সেল্সি য়াম্দ্রা
পান্ত্রা চাউব নঙবু
করি লৈবিয়ুগে অচাপোৎ?
সেল্ কান্নে খঙ্লব অঙাঙ্দুসু
পুপু! পুপুগী সেল্সি য়াম্ই
বোরা কাংঙৌ লৈব য়াগনি,
খুদোম্বীগ খুবীগন সেল্ ময়েক্ চপ্পী
থরো থরো ওল্লী।
চফূদগী সেল্ হৈগোক্লগ
খুজোক্ল কোত্তুন সেল্ মসীং থীরিঙৈ
সুমাংদ, চুরিদ, য়েন্নখাদ,
মাঙ্খিবদগী সেল্
সেলফূ ময়েং তাই। ❑

# সিরব ৱায়েন্ সঙ্

নুমিৎ কয়ানি চঙ্লন
ফাইল্গী চেনা সেম্নুরগ লান্খৎলক্প
ইন্ক্যারি কমিসন্গী রিপোর্তিকী য়ুম্ফম্দ
ৱায়েন্ সঙ্দ ৱায়েন্ চথৈ।
ৱা ঙাঙ্বদ ঈসিং লীত্তবসিংগী
অৱায়-অখুম্ ৱাহৈগী লান্দ
ওইদব কয়াগী অওক্-অথোং তা-ন-তা- ন
মমীৎ খুম্জিন্নীরবী মরোল্ থোক্তবী
তূম্মিন্ন লৈ খাংজেং লাইরেম্বী
নুসিত্ত হাইরি মখুত্ত পায়ব খল্দি।
মুক্লবদ য়েক্লবন মায় পাক্খিবদগী
ফাদোক্ তাহৌরব লাঞ্জদবদু
নুংসিরক্ই কনা লৈজদদুন মপুক্লিং
অদুবু কন্ন চিংলি লাক্সিল্লিব থৌরীন
ৱায়েন্ সঙ্দগী কৈসুম্ সঙ্দ।
পাম্বে লৈতে মনীং তন্নিংব থম্মোয়দু
মতীং ফূদোক্প ঙম্দ্রবসু
খূদুম্ সীংই লমল্ খুন্নিংবগী
অদুগ মমীত্ত ঈসু কায়।
মখ চীক্ই নুংঙাইতবন মীন লাক্চখিবগী
থৌরী কোঙ্গোইন.মখৌরী য়ৌদ্রিঙৈ
খোঞ্জেল্ হৌ-ন লাউরক্ইঃ
অকন্বন অচুম্ব সক্লে

মীচঙ্ লৈজদবসিং হিংহৈদ্রে
তোল্লবসিং তুহৎপীরে
সিরব ব্লায়েন্ সঙ্দগী
অচুম্ব ব্লারোল্ থোরক্লরোই।
মায়থিরব লাম্মী ওইদুনসু
মচীন্ পেন্ন চৈজরি
অদুবু করিদি তৌরুগনি
অমম্বন মরোন্ নাইন কূপ্সিল্লক্রবদ
হক্চাংগী ঈদি ফম্জিল্লক্লে। ❑

# অসিব ঙাদ নান্‌ব

ঙা য়োন্‌বী নুপী অম
খদাঙ্‌ খুউদ থেঙ্গন
মখুৎন চুবাদ সৌরগ ফম্‌ই।
উবদ,
কৈথেল্‌-সঙ্গী ফখ্‌লাংদ থেংপ মচাগী সক্তম্‌,
মচা লৈরে খন্ন
হন্নবুদি কৌরুরি,
"কদায়দ লৈরুই ঈমাগী ঈবুংঙো নঙ্‌বু
ঈমা খোল্লাং ইন্‌গে লাউ"
মরোন্‌ থোক্তব,
অয়েক্‌প সক্তম্ন ব্রা ঙাঙ্‌লক্তবদ
বাখল্‌ তরঙ্গদ তাউরদুন
খোঞ্জেল্‌ থোক্ন নোক্লক্‌ই।
লম্বীদ—
সাদান্‌বন
হূইগং থাংলগ হূই চিংব উবদ
মম্মীৎ মসেন্‌ মরাংই
মখুৎ তুংবুন্নরগ মচা পুরবোই নীংবদগী
"ইচা থনম্‌উ" লাউরক্‌ই।
সিথরক্‌ই খোঞ্জেল্‌
থংনব মীৎকুপ্তা বাখল্‌ লাক্‌পদ
খাম্ব য়াদন সীম্বরক্‌ই মপি.
অঙাওবীগ পাখক্লরবদি
মমা ওইবী মুরুম্‌ মুরুম্‌ সোল্লি

মতম্পাক্ত মচা পম্নিংলকৃই

লূক্মায়দ থারিব অসিব ঙাদ নাম্নি

মচা কায়ন মৈচাক্ খঙ্দবসিংনদি

নোক্ল নোক্ল চৎখি

মমা ওইবী মাগী মতৌদুদ। ❑

# হোতেল্ ফম্বী ঈতৈম

ফোহ্ ফোঙ্ সানব
হঞ্জিন্-হঞ্জিন্ন থাউদ তাউরব ঙাদু
মসান মসাগী মখোঙ্দ লেপ্‌চব ঙম্‌দ্রবসিংদুন
য়াম্ন হাউন চায়।
ফুরীৎ লীত্তবী ফিদোন্ চিংখৎপী মৌ নহাদু
থোংব-থাক্‌পগী মৈগী মৈসা লাংবদ
নাতোন্ নাক্‌চীদ হুমাং মরীক্ কায়
হোতেল্ ফম্বীদু পাখঙ্ মচাসিংন সুম্‌হৎলি।
কালেন্‌গী নুংসাদ খুইথরোইদব
ৱাক্ চীংগী উন্দসু পথরোইদব
সম্‌জীদ থেৎপ প্লাষ্টিক্কী লৈরাং গুলাবত
মমায় থক্‌প খোইমুন ঙংই।
মথুম্-মরাঙ্ হৌরব পাখঙ্‌মচাসিং নোক্‌ই
হোতেল্ ফম্বী ঈতৈমদ খোইমু লাবন ঙংলে
ঈথক্-ঈরাংগী ৱারী হৌজিল্লি।
কোক্কোক্ল, তরু, হোতেল্ পোৎসীৎ ফগ্রবদ
হোতেল্ ফম্বী ঈতৈমদুদি
তোয়ন য়েংই লম্বীদ।
চোইঙাঙ্ ঙাঙ্‌গন্‌ব পাখঙ্ মচা য়াওরকই,
"হোতেল্ ফম্বী ঈতৈম
খোয়দাব কনাবু য়েংবনো
ঙসিদি ঐখোয়দ চৎগ্রসিদন"??
পাইরক্ পাউখুম্ হৈবী থথা য়াদবী
হোতেল্ ফম্বী মহাক্‌সু খুম্‌দবদি নত্তে—

"হো ঈনাউ ঈবুংঙো নুংসিব!
সকহেনব পাখঙ্ ফাগে ঙাইরিঙে
নখোয়গী নয়াম্ব, তাম্মো লাক্পনবু হান্নে"।
হোতেল্গী থোঙ্ লোম্সিন্নি
নোক্মি নোক্মি তৌই
হাইফেৎ য়েংলম্লগ পাখঙ্সিংদুদ
হোতেল্ ফম্বী ঈতৈমদু
মোল্লি মোল্লি চঙ্লক্লগ হোতেল্দ লেপ্পরিব
নুপা অমগী সাইকল্দ চৎমিন্নখি। ❑

# নোংসা মকোক্ উপ্প

চুম-ফাগং মান্‌ব নুপা অমন
মকোক্তা নোংসা মকোক্ উপ্‌সিল্লগ
মিংসেন্দ য়েংই,
মপোম্বোম্ মুক্‌চরদুন
অসাব নোংসানি কাউজবমখৈ
অকন্‌ব য়োৎকী মী ওইরবনি খঞ্জে।
অমম্বদ–
খুন্নাইসিগী খুল্লক্-লৈরক্কী য়ুম্‌থোং অয়াম্বদ
মখুৎন থোঙ্‌জীন্দ থীন্দুন
হৌদোক্‌ই তুল্লিবসিংবু
হায়নিংলিব ৱাফম্ কয়া;
মীৎকপ্ থোক্তবসিংন
উননব নোংঙাল্লগ য়াহৌরক্‌পদ
মমি তাহল্লি খুজীন্ন খোৎপগী ফক্লাংদ
পাউখোং চল্লি
পাউখুম্‌সু ঙাই হায়ব খঙহল্লি।
মীন সাব নোংসাগী হৌনবী
মপুক্লিং মাংজবগী মথম্মৈই তনিক্‌ই
নোংজাবীন মচু সঙ্‌লব আতিয়া
য়েংবদ মতু চুংই,
অহিংদ নোংথাং কুপ্পদ কি
সিবসু সিংনিংদে মীসু ওইনিংদে
হিংলিবসিসু পুন্সি নংত্রে খল্লক্‌ই

মী মরক্ সা মরক্ ওইন

নোংসা মকোক্ উপ্ন-উপ্ন

চুম্ ফাগং মাম্বদু

ব্রাখন্ন মৈ হৌই। ❑

# ঐদী সাউনিংই

মসানদি চাউখৎলে হায়জরবসু
মীওইবসে অসুম্ তম্থিরক্লে
মসা মসাগী য়েংবদ
কাঙ্লুপ্ মসেন্ নুংসিনদ্রে
থৌনা ফব সক্তুন মী হাৎনরে
লাইসঙ্গী থোঙ্জিন্দ ঈ চোংলে
মী মকোক্ কক্থৎলগ
লাইবুংদ কাওদুন সান্নরে।
ঙসিগী মীওইবসে
লৈতাফম্ খঙ্দ্রব পুন্সি ওইরে
হোরেন্-হয়েং খঙ্দন ঈপাক্ত তিন্গদৌরব
থন্না থক্কী লাইজগ মান্নরে।
চরাঙ্নরব ঙসিগী মালেম্সিদ
মিপাইদবসিবু কনানো?
মতম্সি ফাওবদ
মীওইবন লাইনি খুরুম্নরিব
থোঙ্ লোনসিন্দুন কাখ্ মনুংদ লৈরিব
হে! তাইবং পান্বগী মপু ও!
নতিক্-নঙম্ পুথোক্তুন
নঙ্ন সেম্ব মীওইববু ব্বারক্তবগী
ঐদী নঙ্বু সাউনিংই। ❑

# লম্দম অম

লাম্মীন চয়োম্ সান
নাক্-য়েৎ, তুং-মাঙ, ঙাক্-সেন্নরদুন
ভিঃআইঃপিঃ তোংব গাড়ী থৌরক্ই
ফীরাল্ পায়বসিংন নাকন্দ লেপ্লগ
ফীরাল্ হাইর-হাইরদুন্ তরাম্ন ওক্ই।
মালেম্দ অতাঙ্বনি হায়নরিব
নুপী কৈথেল্ তম্ন লাক্পদ
ভিঃ আইঃ পিঃ গী খোঙ্চত্ত উই–
লম্লেম্- লম্হাং লৈতব
য়ুম কৈ মথোন্-মরোঙ্ন খুরক হাঙ্দ্রব
কোইলাস থাব সহরগী লম্বীদ
সল্ সঙ্গু সঙ্গু কুন্ব
সম্বী সন্য়ুংন চাইব।
মসিদসু নত্তে
ভিঃআইঃ পিঃ ন উই–
নোংঙাল্লবফাওবদ মুত্থৎপীদ্রব
মুৎসি-মুৎসিন ঙাল্লিব মৈ
ইলেক্ত্রিক্ পোষ্ট মখোঙ্দ পৈরিব
হাপু-হনাইদ হুইন মচীঙাক্ থিব।
মী কুংলব লম্বীদ
অচৌ-অসাং ঈনাক্ খুন্ব কয়ান

কৃক্-কৃক্ ঈন্নন গাড়ী থাজিন্‌বসু থেংনৈ।

মখল্ কয়াসিদগী

লম্‌দম্‌সি লম্‌দম্ অমনি থল্লবগুম্ন

মমায় লূক্‌থরগ গাড়ী মনূংদ

চৎখি ভিঃ আইঃ পিঃ। ❑

# উরোক্ থোং

ৱা-ন সাব উরোক্ থোং সঙ্গাবদ
রিবোন্ ককপ অচৌব নুপাদুন হায়—
তুরেন্ন লাপ্নহল্লব খুঙ্গং অনি
সন্নহল্লবনি থোং অসিন
মীগ মীগগী মরীসু নক্সিন্নগনি নীংই,
সিন্নজরবনি থোংসি ঙসিদি মীয়াম্দ
হৌজরবনি লান্বসু।
নোক্মি-নোক্মিদি তৌই হায়ববু অচৌবদু
থোং লান্বদ মকলাপ্ নীক্ই।
মতম্ কুইনদগী মঙ্-মঙ্জরক্প খুঞ্জাসিং
চাউখৎপগী মঙাল্ লাক্লে খঞ্জরদুন
হৌ-ন-হৌ-ন খূবাক্ খূই।
থোং সারে হরাউরব হূই অমসু
মমৈ হাইন-হাইন থোং লাল্লি
উরোক্ থোং লাল্লিবসিংবু
কোইলাসত কূল্লিব সন্ সঙ্গু অমনদি
সগুপ্ সায়ন সায়ন য়েংই
কূম্মৈনি খল্লদুন। ❑

# মমা-মচা

মমা ওইবীন পাম্জবদি
মতম্পাক্ত মচাবু পল্লগ লক্লদুন সান্নবদ
মচাগী তুংগী ৱাখন্দ মঙ্-মঙ্জবদুনি।
অদুবু, ওল্লক্লিব মতম্সিদ
হাযব ঙম্ব কনাবু লৈরিগদগে?
অসিব মচাবু মমাগী মতম্পাক্ত থাঙ্গৎপীরগ
মচা পম্দুনা লৈয়ু য়াগদবী মমা কনানো?
মতম্দুদাদ--
কপ্কনি মমাদু সক্ফম্সু ওন্গনি
খোঞ্জেল্ হৌন ত্থো-নাওইগনি
ফৌবোল্ তাবগুম্ তারিব মচা কৌগনি
অঙাওবীগ পাংখক্লবসু হৌনসানি
অসিগুম্বসি থোক্লোই হায়নিংঙাই লৈত্রব
অকি-তুজুং পোক্লরব
মমা-মচাগী পুন্সি ওইরে
মতম্সি মতম্ অমনি।
হৌজিক্তি,
থম্মোয়ন থম্মোয়দ ৱারী লীরি
ৱাহংসু হংলি
করিনো তৌরিবস্মি
মীগ মীগগী মরী ফৎনদ্রিব
কাঙ্লুপ্ মসেন্ নুংসিনদ্রিব

হাৎন-সুনব তোয়রিব
অপীক্‌প, অখুব ৰাখন্ন মাঙ্‌ওইনরিব
ঙসিগী তাইবংপান্‌বসিবু
লোইরম্‌দাইগী মতম্‌ য়ৌরব হায়বদুরা?
হী-হী নোক্কুন
চাক্‌ চরা অমত্ত চারবসু
সেগায়ব ফি সেৎলবসু
মমান মচাবু উরিবমখৈ
মচাগী খোঞ্জেল্‌ তারিবমখৈ
চনীং তা-ন সোর হোঞ্জবী মমানি।
অদুবু ঙসিদি–
মমা মচা নক্ক তান্নবগুন্ন তৌরে
হায়নরক্রে –
হিংলিবসি অহিংব পুন্সি কৌনিংদ্রে
অসুন্ন লৈরবদি মীওইন পোক্‌পগী কান্নদ্রে
থম্মোয় সেংন লাউব তাবদ
মচা লৈরি হায়নদি খল্লি হায়ববু
মমাগী থম্মোয় চিংখাইবমুক চৈনা ফাওই
চীংন নম্বুবমুক্‌ খাঙ্‌বদ ৰায়।
হিংনব হোৎনবদ
মমা ওইবীন মচাগীদমক্ত মপি সীম্বুরি
মচা ওইবন মমাগীদমক্ত মমীত্ত ঈ কারি
কয়া অমন মিপাইবন করম্নো লাঙ্‌তক্করি। ❑

# হোংলক্লিব য়াওল্‌সিদ

মীয়াম্‌গী থবক্‌ তৌরি হায়বসিংদুন
লোথরব খোঞ্জেন্দ নোম্লুক্‌প সারগ
মীয়াম্‌দ হায়রি
মখোয়গী পুন্সিদি কখোক্লবনি।
ঈংন-চীক্ল পান্‌ব
চাক্‌হোং-ঙাহোংব লৈপাক্‌
অদুগুম্বদুনি ওইহন্নিংলিবসি
মদুগী থবক্লি পায়খৎলিবসি
ৱাখন্দুনি মতম্‌ পুন্নমক্তা খল্লিবসু।
অয়ুক্‌-নুংথিন্‌ ঙাল্লিবৈদ
ফজব ৱাহে-ৱাতা ঙাঙ্‌ব হৈব
চীন্‌গ-খুৎকদি মান্নদ্রবসিংদুন
মায়কৈ খুদিং থাদোক্লগ মখোয়গী মী
য়াইফ-থৌরাং মখল্‌গী পাউজেল্‌ সন্দোক্‌হল্লি,
নুমিদাং থেঙ্‌লগ
থোঙ্‌ পৌরোন্‌ চেৎনা থাজিল্লগ
করি তৌসিগে খন্নে
পোরম্‌সু য়াৎনৈ।
মপান্দ লৈবদ
অহিংদ করি থোক্লগদগে
করম্ন নোংঙান্‌ব ঙাইসিগে
থোঙ্‌ঙাক্‌প মকলাপ্‌ নীক্‌ই কিবদগী।
অথাপ্পদ,
মীতৈ চনু মমা ওইবী কয়ান

তেংথা-নাওইন, থম্মোয় সোক্ল, নুং-পান্ ফুক্ল
মচা কৌবগী খোঞ্জেল্
মায়কৈ খূদিংদ তারি।
অদুগ,
মীতৈ মায়চৌ কয়ান
চীংমী-তম্মী নুংসিনরক্তব
মহৌসাগী মরী লাপ্থোক্লরক্প
হোংলক্লিব য়াওল্গী মিপাইব মরক্সিদ
ফুঙ্গা নূংদুম্ সা-ন মকোক্ চুম্সিন্নরগ
লুবাক্-তাবুনুংদগী পুয়া পুথোক্লুন
মৈবী-মৈরা কৎলগ
লাংওন্-লংদাইগী লালৈ-লাথুপ্কী চেনাদ
করি ইরি, করি য়াওরি, করি তাক্লি
মুৎসি-মুৎসিব ময়েক্ সম্জিন্নরগ পারি। ❑

# ইলেকত্রিক্

অচৌ-অসাংগী য়ুম্দদি
ইলেক্ত্রিক্ক পুম্ঙান্ ঙান্বনিন
অয়ুক্-নুথিন্ নুমিদাং খেন্নরম্দবসু য়াই।
অচৌ-অসাং ঈমুং-মনুং
NIGHT GOWN সেৎলগ
সোফাদ ফম্ন ফম্ন
T.V. য়েংনরম্বসু য়াই।
ঙান্ন থাল্লিবা ইলেক্ত্রিক্কী মঙান্দ
খোঙ্গ্রাও হাফপেন্ উপ্ল ফম্নাইব
বেদমিন্তন্ শান্নরম্বসু য়াই।
ইলেক্ত্রিক্ পোষ্ট মখোঙ্দ লেপ্লগ
সহর মচা কয়া
মখুত্ত ইংলিস খবর পায়ন পায়ন
নুমিদাংগী চাক্ ঙাইব ওইন
অৱাংব থাক্কী ৱারী সানরম্বসু য়াই।
ইলেক্ত্রিক্ লাক্তবদগী মখুৎ লেপ্লব
ইন্দষ্ট্রিদ থবক্ সুব সিন্মীসিংন
কেন্দল্ থাল্লগ
মৈ লাক্প ঙাইবদ
মখুৎ চুবা সৌরগ ফম্নরম্বসু য়াই।
অদুগ, নাকল্- য়েৎলোম্-ওইরোম্দ
ঙাথু-থেংথু হৌব উপাল্-ৱাপান্ন
মম্বগী মথক্ত অমুক্কসু মম্হল্লব লম্বীদ
য়েন্দৌগী মৈনম্ পায়রগ
খুঙ্গংগী ঈমা-ইবেল্ কয়া অম
কৈথেল্ কুম্নব য়াওরম্বসু য়াই। ❑

## জগোয় সাবী নত্তে

ফজব পুন্নমক্কী তুংনফম্দি
নুপী ওইবীদ লৈ হায়নৈ।
হে! মীতৈ চনু!
করিনো উরিবসিবু
সারী সেৎলে বিন্দি নপ্লে
কাজল্ থারে চীন্বাল্ সঙ্লে
অয়েক্প লাইগুম্ উহন্বসিন
মীতৈ চনু মান্দরে।
ফনেক্ মপান্ নাইব
মোইরাং ফিজল্ হৎপ ইন্নফি
মীতৈ চনুগী পকৃচবীদো ফজবনিদ
মদুন মীতৈ চনুনি খঙ্নবনিদা
মালেম্দ তোপ্তোপ্পনি সোন্নবনিদা
ফজবদু লেঙ্দন লৈহন্নিংইদা
মীগী মী অক্মানি খন্বদগী
মীতৈ চনু খরদি
চৎনবী ঙাক্লদ্রে
মসাগী সক্তম্ থৌওইনদ্রে
থোইচৎনবগুম্ তৌরে।
লৈদগীসু হেন্ন থোৎপ থম্মোয়
নুংদগীসু হেন্ন কন্ব থম্মোয়
মদুগুম্ব থম্মোয় লৈবদুন
মীতৈ কৌব ফুরুপ অম লৈ হায়নরিবনি
অদুঙৈগী নুপী লাল্ হৌজিক্কীন মৈরা পায়বী

ঈহন্নি নুপী ওইবীগী হিংজনিংবগী।

সক্‌হেন্‌বী লিন্দাউবী য়াওবদগী

পাউথোক্‌খিদুন নুপী পূন্নমক্‌পু

জগোয় সাবীনি হায়নহন্‌ব পাম্‌দে

জগোয় সাবী নত্তে মীতৈ চনুদি

মরম্‌দম খুন্নাইসিগীদমক্ত

খ্বাংচেৎ মচি লাংলিবীনি। ❑

# নূংলক্ত খিন্‌ব য়েরুম্‌

য়েনবী অমন
নূংলক্ত য়েরুম্‌ কোক্‌সিল্লি।
লাইফদিবী সান্নবী নুপীমচা অমন
য়েরুম্‌দুদ য়েক্‌সিল্লি
মমায়, মমীৎ, মনাতোন্‌, মচীন্‌বাল্‌,
মসম্‌, মনাকোং অমদি মখজাই
য়েংন য়েংন মৈতান্ন।
য়েরুমদু মী মাল্লে হৌজিক্তি
ফি মচেৎন
মকোক্ত কোক্‌য়েৎ য়েৎসিন্‌বী
মী মাল্লব য়েরুম্‌দু
নিংথৌসু ওইহল্লি।.
মৈতান্ন য়েক্‌সিন্‌বদগী মী মাল্লব
কায়গন্‌ব অপাব মকু পান্‌ব
নূংলক্ত খিন্‌ব য়েরুম্‌দু য়েরুন্নি কাউথোক্তুন
মী ওল্লবনি ঐ
য়েরুম্ন নাপল্‌ তৌই।
মফম্‌ চাদন খিন্‌ব য়েরুম্‌গী মরাইবক্‌
খঙহৌদব মীৎকুপ্ত
ওন্থবক্‌পদ নূংলক্তগী
মথীবোং-মরীন্‌ থোরু কায়।
লৈখূন্দগী কক্‌চেং সঙ্গুন
য়েরুম্‌ মনম্‌গী খোঙ্গুল্‌ লীরকই।
লাইফদিবী সান্নরম্বী নুপীমচাদুন
তুক্কচবদগী মতীন্‌ সীৎলগ
অকায়ব য়েরুম্‌দু চৈতেক্ক কোৎলগ লংখোক্‌খি। ❑

# মরোম্‌দোম্‌

মখূৎ খূত্তুম তাসিল্লগ
মপাম্বোম্‌ ৱাংন থাঙ্গত্তুন
মনীং তম্নিংবসিংন
অমম্বদগী লাউরক্‌ইঃ
"ঐখোয় নীংতম্‌গদবনি
ঈরোম্‌দোম্‌ লেপ্পব হোৎনগদবনি"।
মরৈপাক্কী খন্‌বসিংদুন
মমা-মপা, মচীন্‌-মনাও,
মচল্‌-মচে, মরী-মতাগী
অফা-অপুন্নব নুংসি মরী থৎদৎলগ
লৈপাক্ত মরাইবক্‌ সুদৎলি
ঈখেংন লৈমায় ঙাংহল্লি।
মচা কায়নবদ মপি তাদ্রবী
থম্মোয় নুংগুম্‌ কল্লবী
মমা চাম্ম চাম্মন
মসম্‌ চেৎন পুন্সিল্লগ
নোংলৈ-নুংসিৎলক্ত মচাগী খোঞ্জেল্‌ তাব্রা য়েংই
খোঙ্গুল্‌ লীনিংন থিনিংব পোক্লবসু
লৈতে পাম্বেদি।
মরোম্‌দোম্‌গী খূৎপুন সৌ সাব
তোপ্‌তোপ্প মফম্‌ অমদ লৈব
সামু লম্‌সান নৈখাইব চীঙ্গোল্‌ অম
লৈপাক্‌ মীয়াম্‌গী নিংথৌদি
ফম্বান্দ ফম্ন ফম্ন মঙ্‌ মঙ্‌বদ উরি। ❑

# পূক্ ফরিঙৈ

ঈমা নঙ্‌দি পূক্‌ফবীনি
নঙ্‌গী লেংবান্দ কয়া অমন কাখৎলরবদসু
করিসু হায়দে
নসম্-পায়দুন চিংলগ সান্নরবদসু
তৌগনু থিংদে।
অথাং কন্‌বী ঈমা নঙ্
লৈনুংদ অসুম্ চঙ্‌খিদৌরে।
ৱাখন্‌সিদনি থম্মোয়দ খূদুম সুরিবসি
য়াজনিংদে তুম্মিন্ন লৈবসি।
ৱা ঙাঙ্‌হন্নিংই ঈমা নঙ্
অয়েক্‌প লাইগুম্ অসাব সক্তম্‌গুম্
ফজৈ থাগৎনবদি পাম্‌দে।
তীন্‌ফা কাক্‌ফৈন চীক্লবসু
তোল্লব থৱায়ন তাংজরবনি খন্দোক্‌পদগী
নঙ্‌দি নয়াঙ্ কংসিল্লে
পুন্সি মমি সান্ন উরে
অনাব ফম্‌সেন্নগদব মাল্লে
য়েংব নুংঙাইতে।
ঈমা নঙ্ তুফক্-তুফাই চন্‌গনু
ৱা ঙাঙ্‌উ।
পি সীহ্নদনব
থম্মোয়দ থৌনাগী মৈ ঈক্কদব
ঈমাগী নয়াথং তাক্‌পীয়ু
থৌদাং পাঙ্‌থোক্‌চগে নচাসিং লৈরি। ❑

# অমম্বদ

ফজব সৈথাবসিংন
লম্‌দম্‌সিগী ফজব সীংথাবদ হায়নৈঃ
ফৈদোম্‌-ফৈদোম্‌- পরেং-পরেং
হৈকোল্‌-লৈকোল্‌ লৈরিবসিংসি– ফজৈ
চীংয়া-তম্‌য়া, পাৎ-তুরেল্‌– ফজৈ
চীংদোন্দ থেংনিং-থেংনিং
লৈচিন্ন নেম্‌-নেম্‌ পাইরিবসি– ফজৈ।
ঈসিং চাইবীগী ঈরাওখোল্‌– নুংসি
চীংনুংদ হারিন নিং-নিং খোংব– নুংসি
নুমিদাংবাইরম্‌গী কাংসি খোঞ্জেল্‌– নুংসি।
ফজব অমদি নুংসিবন থন্‌ব লম্‌দম্‌সিদ
নোংমতসু চাক্‌ মপুক্‌ থন্ন চাজদ্রব
সাবী-সানৌ কয়ান
অকে-অমৌদ লূপ্তুন
ঈথক্‌-ঈরাংদ তাউরিবসিগী
বায় ঐদি।
পুম্নিসিদ –
ঙসিদি হৌজিক্‌ফাওব হিংলি হায়ব খঙ্‌ই
হয়েংন করি ওইগদৌরি?
বাহংসিগী পাউখুম্‌ থিবদনি
থম্মোয়দ অকি-তুজুংব পোক্লিবসি।
মীওই কয়ান –
অমম্বদ মখুৎন মার-মারগ
মসান মসাবু লৈবরা থিরি
মসি য়ৌন সোক্‌চিল্লব খুন্নাইসিদ
ফম্‌সেন্নরিব অনাবগী মাইব কনানো হংলি। ❑

# ঙা য়োন্‌ফম্‌

লম্লোঙ কৈথেন্দনি।

ঙায়োন্‌বীন হায়–

ঈবেম্মগী সেন্সি সিন্‌বীয়ু অমত্ত

য়েন্দাই সারে ফজবদ মসিদি।

পোৎলৈবীসু খুম্বদি খুম্‌জৈ–

প্রেক্‌-প্রেক্‌ লাউব লুপা

ফংনদ্রে হৌজিক্তি অহন্‌ব

য়াগদ্রা তৌবনি পাম্বীদ্রবনিন তোক্‌চরগে।

সিন্নরম্লগ ঙায়োন্‌বীদ পায়খৎলুব ঙাদু

তুম্মিন্ন চৎখি

ঙা-লৈনিংলুবী মৌ-নহাদু ইকায়ন।

মসেন্‌-মরাং উই ৱাখন্ন

ময়ুম্‌দ হল্লক্‌পগী লম্বীদ

ঙা থোংনব মরোই হেক্‌হৌবী মচানুপীদু।

নীংসিংলক্‌ই নোংম কৈথেল্‌ কাবদ

মচানুপীন হংখিব ৱাহং অম –

ঈমা! ঈমা! কৈথেন্দ ঙা থোক্ল থোক্ল

করিগীনো ঈমা! নঙন

সৌগ্রীবু অদুক্‌ পাম্না থিরিব। ❑

# ওজা চাক্কৌব

লাইনিংথৌ লৈমরেন্দ

লফোয়-লফাঙ্ চঙ্ থোক্প কৎলে

মঙাং-অহল্ পুন্সিবসু খুরুম্লে

খোয়রাং-খোয়সাউনরবী মমান মচা হৌদোক্কইঃ

কৈদৌরি উলেল্ নঙ্ হৌজিক্ফাওব ফমুংদ

অহিং হৌগৎলগ লাইরিক্ পাই নমান্নবন

অদুগ নঙ্ন রেদিও তারি

কাউরব্রা পরীক্ষানি হায়ব?

ফৈজুপ্ মনুংদগী মচা উলেল্ন খুম্লকই;

পুং ৭ মখাইগী পাউ লাক্ত্রি ঈমা!

ঙল্লি পরীক্ষা চৎপ

ওজা চাক্কৌবদু পাবুংন ঙরাং

ঐ পরীক্ষা ঙম্লব নৎত্রা ঈমা!

কৈদৌরুনি হৌজিক্পু

কোক্ সানবনি লাইরিক্ পারগ! ❑

# লুখ্রাবী মচা

মাইক্ত লাউই -

হন্দোক্পীয়ু লম্বী চৎপসিং

ঙাইহাক্-ঙাইহাক্তুং লম্বীগী মতাইদ

লম্জেন্ থারক্লে হৌজিক্

য়াওসঙ্গী স্পোর্টিস মিৎ পাঙ্থোক্লি ক্লবন।

হঙ্গাম্ মপান মচুগী ফি-ন ফৈজোম্ সেৎ

জয়পরন কোক্য়েৎ য়েৎ

মোজা ফুরীৎ অমমম্ লীৎ

বালতিন্ মনাদ চৈ-ন লেং

ত্রেম্ব-তোম্বী মচীন-মনাও চেঙ্ নিব চৎলি

য়াওশঙ্ নুমিৎ হুম্নিং চন্‌বদ।

কনাগী মচানোনে

হৌজিক্পু চেঙ্ নিব চংহল্লিবসিবু?

সান্ন-খোৎনবদ থরাই য়াওনরব মতম্সিদ

চঙ্লিবোরে য়াওসঙ্।

লুখ্রাবী তোল্লপীসক্কী মচানি।

কনানো তোল্লপীসক্ হায়ববো?

হন্দক য়ু-ঙাওব নুপা অম সিখিবদো।

স্পোর্টিস য়েংব খরন ঝারী সানৈ।

# হনুবী

চৈস্ সুদুনা চৎপী হনুবী অমন
লাইরিক্ তাফম্ উলেল্গী য়ুম্ থিরক্ই
লৈকায় খঙ্ই য়ুম্দি কাউরে
মমাংঙৈ লাইখন্ তাব য়ুম্ উদবদগী
খঙ্গানৈ হনুবী।
লৈকায়সু চুন্নে চঙ্লক্লিবসিসু সোয়দ্রে
অদুবু কদায় উলেল্গী য়ুমদি
তপ্থৈ খোঙ্থাং।
ঈন্খৎলি নাখাংদগী আনোক্
খূৎ অনী সৌরগ লেপ্পী চৈসূদ
তিংখৎলি ময়াংলেল্
মথোন্ নাইন সাব য়ুন্নেং ময়াম্ য়েংই।
নুপামচা খর লাক্প উবদ
হংহৌরগে খন্ হংই,
ঙাইখো ঈবুংঙোখোয়!
হংগে করিনো অম ঈবোক্ নখোয়দ
কদায়নো য়ুম্সিবু উলেল্খোয়গী
লাইরিক্ তায় হায়রিবদো?
নোক্ই নুপামচাসিংদু
পাউখুম্ পীদে ৰা হংলিবদুগী,
সাউরকই হনুবীঃ
নপায়ান্নিমচাসিংসিদি চৈসুন হেক্ কংন্ববু
মীন ৰা হংলগা নোক্ইবসিবু

অঙাওবীরা ঐবু?
খোঙ্কাপ্ অম-অনী থাংই।
নুপামচা অমন,
হো! ঈবোক্ সাউখিগনু ঙাইখো
হনুবী লেপ্পী করিনো হংই
মচীল্ খুন্নগ রুমাল্ন
হায়রক্ই নোক্লিংব খাঙ্লগ নুপামচাদুনঃ
অদুবুরো থোঙ্গাল্ অসিনি ঈপু উলেল্গী
রারী অমদনি ঐখোয়ন নোক্পদি ঈবোক্!
মমীৎ লংখৎলক্ই হনুবী
মুন্ন য়েংই নুপাম্চাসিংদ,
চুবা ঈচপ্-চপ্
ময়া ঈহো-হো
নোক্লদুন হায়রক্ইঃ
হেরা! ঐদী নুপামচা ওইরবোই নীংলুরে নখোয়সি
থীদ! খোঙ্গ্রাও উপ্পী লৈসাবীশিংসিদি। ❑

# খূবাক্ খূগে তৌব

খুঙ্গংগী পাক্লব সঞ্জাবুং লম্পাক্ থুংন
সমিয়ানা খল্লি কর্নাৎন খাজিল্লি
সুনু মহীন পুম্ন হৈজিন্দুন
খোংনাং পান্বীগী মখোঙ্ ঙৌহল্লি।
চহি মঙা মঙাগী ওইব
পায়খৎকদব থৌরাং য়েক্প লাই অম
খোংনাংদ ঙারগ থম্মী।
লম্পাক্ চোন্ন ফল্লিব খুঞ্জাসিং
ৱারী সানৈ ওন্সিন্নদুন অমগ অমগ
হায়নবসু য়াওনরক্ই
চাওখৎকদব মাল্লে খুঙ্গংসি।
লাউরক্ই নুপা অমন
মরৈপাক্ নীংবগী ঈসৈ মরক্ থৎন
মোমোন্ নোক্লদুন মাইক্তঃ
লেঙ্সিন্বীদুন লৈবীরিব চিফ গেষ্টন
ইনোগুরেল্ ফংসন্ হৌদোক্পীব ওইনা
খোংনাংদ য়োৎপী অম থাদুন থম্জরিবসিদ
থেৎপীগনি অয়েক্প লাইসি।
কৈরাক্তা কাখৎলি লাই থেৎনব চিফ গেষ্ট
তাখি খুজিন্-খুনোম্থোক্তগী
অয়েক্প লাইদু মখাদ।
লাই হেক্ থেৎপগ
খুবাক্ খুগে তৌরম্ব খুঞ্জাসিং
ৱা লাউন নোক্ই
মফি য়াওদব অঙাঙ্ অমন
লাইদু খুন্গে চেন্সিল্লক্পদা। ❑

# মোরা চিংথোক্প

তেরা ফিন কুপ্প মোরাদ ফম্লিব নিংথৌন
ঈশৈ তায় তেপ্ রেকোর্দিরদগী
মনাকোংদ হেদফোন্ থম্লগ
সন্ন্যাস আনোক্ অমসু উপ্পী
মীন য়েংলক্পদ উদনব মাগী মমীৎ
রাগ নুংঙাইরি নিংথৌ।
খুউখুদক্ কুন্দুন
রাকথলি নিংথৌদ লৈপাক্ মীয়াম্ন
ঙসি ঙসি নংলিব অরা-অনা কয়া
অদুবু নিংথৌদি তাদে।
সন্ন্যাস, আনোক্ উপ্পদগী
মচু সঙ্লবদুদ য়েংলুব খুদীং
ফজব কৈদ লৈবনো থিবগুম্
লৈন লৈন য়েংই আনোক্ পায়রগ
চীং-মান্ পাৎ-তুরেল্দ নত্তন
সংবান্নব আতিয়াগী লৈচিল্সু য়াওন।
মীয়াম্গী রাকৎ তাদবমখৈ
ফৈগল্দ তাক্ তাক্ য়ৈরগ
তাল্ থাদুন তায় নুংঙাইন ঈসৈ।
লৈপাক্কী খন্বীদ্রব নিংথৌ য়েংন য়েংন
কপ্পী মখোঙ্-মখুৎ তিংথোক্লুন মীয়াম্ন
মখা করি তারক্কদগে লাঙ্তক্করিঙৈ
খুনিং কাঙ্ন চঙ্লক্লগ নুপামচা অমন
নিংথৌন ফম্ব মোরা চিং[illegible]
নিংথৌ লৈমায়দ ওইহে [illegible]
হৌগৎনরক্রে হৌজিক্তি [illegible]
থীন্নক্পদা সুমাং লিলা [illegible]বগী [illegible]